# লাঃশং [illegible]াঃয়োল

[illegible] ...েশেম লোন অরিবনা মপুং ওই
...লা লীরমবা = কনানা ইরমবা
লৌরেমবম কুরু খোংনাং থাবনা লীরগা
উরোক তপুংপনা ইরমবনী



চোংথাম ইবোয়াইমা

ইয়োইশেমবা লমবোয় খোংনাংথোং।

লৈপাক থ্বাইগী লমল তোলহৌলবিয়ু ১৯৮১ ইং

মমল লুপা ৬-৫০

কেংজবা—

চোংথাম শ্যাম

হন্দক ১৯৮১ দা লৈপাক খ্বাইগীদমক্তা ওইনা পুথোক চরিবা
লাশং লায়োল কৌবা লাইরিক মচা অসি
কোরৌ নোংহৌরা মালেম লৈশেম রানি
লাইরিক অসি মশাগী ওইবা অরিবা
লাইরোল ভাঙ্গা ওইখিবনা মীয়ামনা
পাবদা থুদোং থরা চাদবা য়াই মরম
[illegible] অমুক্কী থুংনমদা অনৌবা
লোলগা লোইননা চাওথোকচরগনি ভদম থবগু ॥

নম্ফম— আর· কে: প্রিন্টরস, পাউনা রোড ইম্ফাল।

# লা-শৎ লা-য়োল

লাইনিং লিচৎ তরাগা তরুক
(অঙুমতং খংবতা চাবমখৈ রাৎতবা)
লাংগোলগী লুখোই, গোনক থেংগ্রা
কুরু—অনিঙু মঙা খংখি
লৌরেমবম কুরুখোংনাং থাবা
তরেৎ খংখি মোংফম লৈতে।

অসিঙুমলবা লাইনিং লিচৎ অসি খমবিরম্বা
মঙাং লাইনিংশিং অনৌবগী
কোলোই মিংলেন মখৈ মখাদা
ইজবী ॥

মঙাং কুরুনা, লুরাং কুরুদা শিন্নরনমী, লুরাংনা খুমলদা শিন্নরখী, খুমল কুরুনা খুমলগী আয়াং কাইদা শিরম্মী, আয়াং কাইনা মোইরাংগী খেন্তেদা শিন্নরম্মা, খেন্তনা, মেন্তেদা মেন্দেনা সেনতেদা শেনতেদগী আপোইনঙা - আপোইমচাদগী—লোৈরেমবম কুরু খোংনাং থাবদা, খোংনাং থাবদগী, চোংথাম কেরামচাদা থুংখি ॥

( অসিবু থৌগনজবা চোংথাম ইবোয়াইমা )

মথাদা হন্দক্কী লোৈরেম্বম অসি লাইমিং লোননা লেমনা তৌবা লোৈরেম্বম মুমনাক নত্তে, (কুরু) গুরুদী লাইমিং লোৌখিদে । মরম অদুনা মুমনাক ওইরোই মিংথোল অমসুং (প্রমোসন ওইগনি ।

লোৈরেম্বম হায়বদি লাইনা লোৌশন্দ্রবা শিবা লৈত্রবা (ভজোর ওমোর) শিদবা উপানগুম্না লৈহৌবনু লোৈরেম্বম কৌই।

খোংনাং থাবা কৌবনা তাউবং ঐখোয়—ঐখোয়বু তৌ-ফম শাৎফম লাইনিং লিচৎ লাইশোল, তিলশোলনচিংবা ঐবু, ঐনা খংনবা খোংকুল তাকপিরমম্লিনা অসিবু খোংনাং থাবা কৌই। তাকপিরমলিবা রাফমশিং অসিদি মৈনা, ঈশিংনা, মুৎত্রি-বা; হুমিৎ, থানা পাললিবা মখে লেংদনা লৈহৌরগব অরেপপা রাফমনি ॥

মতাং নত্তে পন্দ্রিবা মতম নত্তে শাংত্রিবা হুমিংপু লৈচিননা খুমবগুম, স্নাবু ফদিনা য়োম্বগুম, লুপাক তাপু হুংদা তমঙ্গি কুশা মরোন থোক্তনা লৈরুরবী মৈতৈ লৈমা থোরক্লে।

মৈতৈ লৈমা পলেমগী চানবী হৈবী ইমানা মপারী মমোম

মৈথৈবিকপু খুলাম তোইনা পাওকোৗরী, মৈতৈ ইচিন ইনাও পুন্নমক পলেমগী নাক্তা চংলিশি অমত্তা ওইবা লিচিংনা খুদাংগী হংচি লাক্লা, তাইবং শরা শননা পলেমগী হৈনা থোৗখল তোৗরসি।

(হয়ি হয়া য়েঃ)

হান্না শেন্না, কোন্না লোইবা



# মৈতৈ কংলাপী মমিং কয়ামরুম চুই মদুদি

১। কংলা নোংলৈয়াং ২। ময়াই থেংকুরুমচিং ৩। মৈতোল হোইরৌপুং ৪। পাফল স্না মেলাংচান ৫। কংলা স্না য়াইকোন ৬। স্না লংবচিং ৭। কংলা পুংময়োল ৮। মনিক ফমপাললাং ৯। লোইরেন থুনপিলোক ১০। চোই নৌ স্না য়োইথমপাল ১১। কুরুম স্নাচিং ১২। লুকোক চিরৈতোং ১৩। তিল্লিকোকতোললেন ১৪। নমথক শরোন পুং ১৫। মরাই শুপ্তোংপাল ১৬। মুরাপাল্লি ১৭। লৈপাক লৈখোইরেন ১৮। মরান য়িমতমপুং ১৯। পুনেম তাইবী লোক ২০। কংলা রাফোংপাৎ ২১। টিংডি রাফোংলক ২২। লৈপাক পামবিলেন ২৩। থরাই য়াইপিকোল ২৪। কোইলেন শোক্তোকপুং ২৫। কংলা ফমপাললাং ২৬। থমপাল লৈকুমথং ২৭। মৈতৈ স্না লৈময়োল ২৮। হাননা শমবা কোননা লোইবা ২৯। ইম্ফাল।

# লা-শং লা-য়োল

ঐখোইগী মৈতৈ লৈপাক অসি খৃষ্টব্দ ১৭১০ দা পামহৈবা কৌবা নিংথৌ অমা পালম্মী, গোরোব নরাজংশু কৌই।

নিংথৌ মহাক থক্তা লিশক্তগী শানতিদাস কৌবা গোসাই অমা লাকই গোসাই অসিগী খুশিলতকী মৈতৈগী পুয়া লাইরিক পূন্নমক খোনগংলগা কংলা উত্ত্রামাংদা পৈরগা মৈদা থাখি।

মৈতৈগী ফজরবা লাইনিং লাইশোলবু ফত্তে হায়দুনা রামান্দি ধর্ম্মা চংখি। মতুংদা গোসাই অসিনা নরৈপাক্কী লোক্তাক য়েংগেশু হায়খি।

হায়খিবা মতুংইন্না লোক্তাক্কী থরো থম্বাল য়েংলগা ফুপাল লাতা উতোংচাক চানবা চংলি, চংপা মতমদা মপাবুংনা তোংগ লনবা পিশুম থোংখোংদা হৌবা লোইয়ুমলৈ উনা শাবা হী অসি তোংঙি, হী অসিনা লোক্তাক ইয়াই য়োরগা লুকথ লুকথদুনা য়েলশম চরাংবু ফোয়দুনা চাখি।

অদু উবদা নিংথৌশু রাখি লৈপাক্কী মীয়ামশু করি খোক্লগ গদংগে হান্নবগীদমক অয়াবা ওইখি।

সান্তিদাসনা খুদক অত্তুদা নিংথৌগী স্না খুগুথাং লৌরগা হীগী লূশমদা য়ানখি হীগী ঈনা লোক্তাক অসি পুমঙাং ঙাংখি, মত্তুংদা হী অসি থক থক নিকখি হী নিকপা অদু মোইরাংগী ললহানবনা থামখি লৌহেম্বম কুরুনা থাংফম অদু তাইশিলহল্লি ফুপাললা য়ৌরগা ললহানবদা লৌ পরি (৩) মনা পীখি। উনপকী উতোংচাক (২৮) হৌদুনা চানখি। শান্তিদাস গোসাইনা ফমম্মেন্দা ফম্মী, নিংথৌনা ফকতোমদা ফম্মী, ঙাইহাক লৈরগা লৌরেম্বম কুরু অসি রানথদুনা পীগুমদা চেকাইনা য়াৎখি। নিংথৌ নচিংনা লাইকন্নখি।

মত্তুংদা অনিরক অমুকশু তুখি অদু উরগা নিংথৌনা কুরুদা রা হংখি করিনো কুরু মমাংঙৈদা লম্বেনদা লমখাংদা করম্বা অথিনবা অয়েকপা হৌবা লৈবগে ? নিংথৌ ঐবু রারক্লে হায়না হায়খি।

স্না য়াথং অদু তারবদা কুরুনা খুমখি ইনিংথৌ ইবুংঙো ঐহাক অসি লম্বী লমখাংদা থোইদোকপা অহৌবা লৈখিদে। ঐনা ঙসি তুবদি নরৈপাক্তা য়েক্লবনা লাম্তারক্লে য়েক্লববু ঙাকপদা ঙাক্ প্রুম চিংচেংতা তুবনি, অনিরক শুবদি থাই স্না কৈথেল অশাংবীদা তুবনী, কৈথেল অশাংবী করম তৌরে ইপু, মৈতৈ লৈপাক্কী ইমা ইবেন পুন্নমক মথাদা কোনবা মচা মনমদা পোবা নংদে, মমাংদা থাবা লূকমায় মকোক্তা থোলখৎপা নংদে কৈথেল কায়রে ইনিংথৌ।

অহুমলক শুবদি ইপু ? নঘুম কংলা শংলেস্তুদি ঙাক্কে হায়না ঙাকপদা যেক্লবনা হেলজিলক্তুনা খোংনাং থাবা তুবনী, কংলা করম তৌববগেনে ইপু ? নঘুম কংলা মৈহৌরে ইনিংথৌ, শোই বোইদববা ইপু ? স্না নোংতমপিগনি।

কুরু খোংনাংগী রা তাবদা শান্তিদাসনা খুমলকই হায় হায় নিপা মচা নংগী নচিল পিকঞবা অদুনা অঙ্কক চাওবা রাবু হাই-ত্রা ? কুকশু পাওরো তৌনা হংলকই ঐবু নংনা নিপামচা হাযবিবা অতুপু নংবু চহি কযা শুজনবগে ? শান্তিদাসনা খুম লকই হায়—হায নিপামচা ঐদি য়ামাযোম্দা ফিরান পায়বা ঙমলে হাযনা খুমখি।

কুকনা হায়রকই নংত্তি অতুকশিংতরা ঐদি নমা মযাং লৈমগা ইমালৈমা নোংপোক পানথোইবীগা অনি অসি চাইমা খোংফে হানা লান চায়নবকলবতা ইমালৈমা নোংপোক পানথোইবীনা ঙলমদুনা নবৈপাক তুম্না শিজিন্নক্রপতা ঐবু কোইদুনা, ঐনা ইমা লৈমবু খামজিলজদুনা নবৈপাকপু লৈপাক মবা তপনা শান্তি পীবনি।

মতম অদুদা নংবু পোকপী নমানা মৈতৈ পণ্ডিত অথোইবা ঐগী ইচা অসি নিপারা হুপীবা যেংবিবমউ হাযজনবতা নিপানি হায়না ঐনা খুম্মী, অদু ওইববদি মমিং অমত্তা থোন বিরমউ হায়না হায়জরবদা ঐনা নবৈপাক শান্তি পীবগা লোয ননা নংগী নমিংবু শান্তিদাস হায়না থোল্লমবনি নংনা থাজদ্রগা নংবু পোকপী নমাদা হংলু হায়না হায়খি। অদু তাবদা শান্তিদাস্না

হংগৎনা য়েংবদা নোংপোক অচিবা ওইনা উহনখি। মতুংদা ভাইহাক পাওরো তৌরগা, কুরুনা ইশোক খোংবাল্লমদা হনগ্রে।

লৈপাক অমশুং নিংথৌগা লোইননা হী তোংছনা লমলেন হীয়াংথাং তন্না হনগ্রে। হীয়াংথাং য়োবদা স্না কোম্ভুংলোমদগী শগোল পাও থুংলরে। ইনিংথৌ ইবুংঙো থুনা স্না খোংলেং-বীরো নয়ুম কংলা মৈহৌরে হায়না হংগৎখি। স্না কোম্ভুং য়ৌরগা মৈতৈ লৈপাক্কী ইমা ইবেল পুন্নমক খোমগত্তুনা চেকাই পুন্দা ঈশিং হোল্লগা কংলাগী শুরুংতা হৈংললি, মৈ অংবু অহোইননা চাকখি, য়ারকত্রবদা তুরেল থিংলগা কংলাগী শুরুংদা ইশফ থাজিন্দুনা মুৎননবা. হোৎনবদা হুমিৎ মঙানি অরেম্বদা মতম মাংহলখি।

শান্তিদাসনা ঙমলকত্রবা উবদা মৈতৈ মাইবা পুন্নমকতা য়েংছনা মৈ অসি কনবিয়ু হায়না হায়খি, নিংথৌগী য়াথংবু থো ওইদে কুরু লৈনা লৈনা য়োৎচৈ কানবদি ননাই ঐখোয় পাম্বা রাৎলি হায়না য়াখিদে। য়াদ্রবতা লৌরেম্বম খোংনাং থাবা থিয়ু ফংবা মফমদগী দোলাইদা পুরকউ হায়না স্না য়াথং তৌখি। তনবা নিপা (১০) চংগ্রে। ইশোক খোংবালদা কুরু থেংনরে দোলাইতা থাপ্পুনা পুরক্লে।

কুরু লাকপা উনদা নিংথৌনা পুক্নিং অরাবগা লোয়ননা কংলাগী মৈ অসি কনবিয়ু হায়না হায়জখি। স্না য়াথং অচ তারবদা খোংনাং থাবনা হায়রকই ইনিংথৌ ইবুংঙো কংলাদা হৌরিবা পানগী মৈ অসিদি ননাই খোংনাং থাবগী ঈতিকনি

মৈতৈ লৈপাক্কী লুংদা চাক্কদবা মৈ অসি দি খোংনাং থাবগী ইতিক নত্তে, ইনিংথৌ হায়না হংগৎলবদা নিংথৌনা ইপু খোংনাং থাবা মুংগী শানগী বাৰমবু কোম্না ঙাংনসি মৈ অসিতদি কন বিয়ু। নিংথৌ ঐবু অরাবা ইশৌলাংবনা খাঙবা লৈঙমদ্রে হায়না হায়জরবদা খোংনাং থাবনা হে কলিগী মৈ নংনা চাক্কে হায়রবদি ঐগী য়েৎশংনা পান্দম অসিবু চাকউ চাকলোই হায়রগনা মুৎলু হায়না কংলাগী শুরুংদা মখুৎ থিংজিনবদগী মৈ অত মুৎখি।

মৈ মুৎত্রবা তুংদা মৈতিংঙু পামহৈবনা মখাগী রারম অসিবু হৌদোকখি। ইপু খোংনাং থাবা হৌজিক মতুংদা করি থোক্ল গদগে ? নিংথৌ ঐবু রারক্লে ইবুধৌশিংনা থম্বারমবা পুয়া লাইরিক পুন্নমকশু মৈদা থাখ্রে। পানা পুনা চৎলমবা লাইনিং লাইশোনশু খাদোক্লে অদুগা পাবুং নিংথৌনা নেংলম্বা খুনেৎ হীগু খংলমম্মু হায়বগী মওংদা হীনবু য়েনশম চরাং ফোইদুনা চারক্লে, অদুগা লাউ মা মশিগী কোক্লশু মৈথায়ক্লে।

হয়েং পোইরৈ চাতোন—শুতোন ফাওবা, মৈনা ঈশিংনা মৎত্রি ফাওবা কুমিৎনা থানা পালিবমথৈ নিংথৌ ঐগী ইহাক থক নিংথৌ ঐগী ঈরমচৎ অসি লেঙদনা লৈহৌরগনিকো ইপু খোংনাং থাবা। অসি পুন্নমক অসি ঐনা রাখল থেলবতগী তৌবরা অদুগা তৌদবা য়াদবা মতমনা পুরকতুনবু তৌবরা ? হায়বা অসি খনবতা অহিংগী লুংথিলগী রাশিল্লকপনা অরাবা কোঙ্গায় ওইরক্লে ইপু।

হৌজিক্তী ঐগী ইচামথৈশু নাক নাক তানরক্লে। ইপু খোংনাং থাবা নহাক্তি তৌরদ্দবা থৌরম পুন্নমক অসি মহুং মপান

ফাওনা উবা ঙম্বনী, নিংথৌ ঐগী মৈচাক অসি বোম্ননবা তৌ রক্কদবা থৌরম, অদুগা হৌরকপনা করম্না হৌরকপা হায়বা রাক্ষম অদু অমুক্তা লীবীয়ূ হায়না হায়জরক্লবদা খোংনাংনা রারী অসি লিখী।

হে নিংথৌ য়াইফবা হৌজিক্তি থাংজ (৭) লাক্লে শোরেন খুম্ভারক্লে, মৈতৈ লৈপাক মাঙতাক্লফদবনি মপা মচা, মচিন মনাও য়াম্না থিনররগনি নিংথৌ নংনা পোকপা নচানা নংগী য়াইবী থরাই লৌররগনি, নোংচুপ, নোংপোক, খা রাং মায়কৈ মরি মক্তগী মচং নাইদবা খিবীকপু পুশিল্লক্লগনি তু খোং, ফুল্লরগনি, তিনফম লাইফম থুগায়ররগনি, তৌহৈদবা খীবিক তৌররগনি, অসিনা লোমগদবদি থেংগু চাম্বা অমুনা চৈথাবদগী হৌনা চহি কুমশিং মরিফুগা তরাহুমদোই কালেন থাদা লোমলক্তপনে। হায়বা অসি শান্তিদাস অমস্মুং লৈপাক মীয়ামশু য়াওখি (গরোব নারাজনা) পামহৈবনা হায়খি। ইপু খোংনাং থাবা মতমননি হায়বা অসি নিংথৌ ঐশু য়ারে। ঐশু পালেন্দা উথুম ওইনা হৌনা ঙাকলগে হায়খি। মোইরাংগী লনহানবনা ঐশু ইশোক্তা উ ওইনা লৈরগে। নিংঙোম অকোংনা চীংঙালেন্দা উ শিদবা ওইনা হৌনা ঙাকলগে হায়খি। লাংকোল লুখোইনা ঐশু লাংকোন্দা লী খাস ওইনা ঙাক্কে হায়খি। শান্তিদাসনা ঐদি ঙাপ্রুব চিংচেংতা লাকপনি মাকলংদা হৈপী ওইনা হৌনা ঙাক্লগে হায়খি। কংলাগী হী য়াই পুন্নমক অসিদি কুরুনা ঙাকপিয়ো হায়রবদা কুরুশু কংলাকী নমথাংদা চীংথাও ওইনা হৌনা ঙাক্কে হায়খি।

হয়েং (চুক) শুরবগা নখোয় ঐখোয় ভন্নমক অসি পোক্না লৈপাক হুংঙাইহনসে, উমং লাই ময়াম চাওখৎহনসে হায়নখি। হয়েং (চুক) শুরে, শুদে হায়দি করম্না খংগনি হায়রবদা কুরুনা হায়খি, নখোয় ঐখোয়গী লৌচৎ—শাচৎ উশিং অসিনা মাংপ্রবনি ঐখোয় থোরক্লে হায়না খংনসি হায়নখি।

মতুংদা ক্রো নোংহৌ রা মালেম লৈ শমরাবু কুরুনা মীয়ামদা লীখি।

হয়ি হয়া হে, হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ মালেম তাইবং পানপকী মপুংঙো লাইকী নিংথৌ অথোইপা মচি লন মরু থরাই য়াইপী পিমপা চিংঙু স্না নখোংখা ঙাংলৌ থুম্পাল লৈকুমপা অনিমক্তা তম্নুক তাংচা ইকোক কৎনা য়াথং অহানপতা হন্না হন্না খুরুম্না থাইনা লাহান নোংকী রারম অরিপা মালেম লৈশেম লোন ক্রো নোংহৌ রাপু খচিক্তুং রাহমচরক্লে।

চিংঙু লাইমরু খোইয়ুম লাইনিংশিং অহানপকী চিংঙু নপোক অরেপপনা ফাওরবা লাইরেন মৈতিঙু পায়হৈপকী ঙাংলে স্না মখোং খাতা উরোক শাকৈকী তপুংপকা লৌরেমম্বম খোংনাং থাপকা ক্রো হুমিৎ মাতা রাহমলকএ।

হে নিংথৌ লৈমাপাও চিংঙু লাইকী (চক) মতুং হয়ি, খুনুং, লাংপাচকভৈতা ইযু নিংথৌ কাংপা মহাকথক্তকী হৌতুনা স্না চোংলেন খান চরৈ অঙৌপকী থরক লৈনা থাংবা শেকপিএ, মখোল মাপল শুপপু খান্না তানখোং মন্থুং কুই লেমথোং মফৈপাকনা

মালেম লৈপাক মপু নিংথৌ মরোন কয়ামরুমপু হুংঙাই মরাং কাইনা পাল্লকলপা, হে নিংথৌ নহাকথক অসিতা ইপোইরৈ স্না লৈপাক্কী মালেম লৈশেমলোন অরিবা ক্রো নোংহৌ রারী অরিপা অসিপু লাংচল উরিংথাককুন্না লূপাক লুচাও মথুম হাংপকী চক, রায়েলশুশিল্লক্কে, রারম ফিরোন নাইনা থুপণ্ডমলোইএ।

থাইনা লাহানোং মঙাং লাইনিংশিং অনৌপনা লুরাং হোং নম লৈখোইংতা পাওতাক থারকপা মালেম লৈশেমলোন অরিবা লিক্রাং পারে শিলকুম রারী শুংচিননা রাহমলক্কে।

হে লাইরেন মৈতিংঙু পামহৈ পাও নংবুথৌ নোংতা লাইবেন পাখংপকী (হরি) নিংথৌরেনবু শোয়া তাকপিরো মালেম লৈপাক খোইবাশুং পুরিং শেলোং নিক্তনা তাপিয়ো, হে লাই রেন মৈতিংঙু নিংথৌ য়াইফবও মালেম লৈশেম লোলকী অরিপা রারী অসিপু শৈহৌরক্কে।

কোশুং পমপাল লোন মাইকৈ নিকশম পাংবালোমকী লুপা চুহানপা নিমরি উমং হুংদা তালা উপাল শিতবকী পালেম উখাংথা লুংচাইপা তিংংৌ শংথাং হেপপনা স্না লোমক থাকুম পতা চিংঙু শিতপকী মশাওল মঙাং লাইনিংশিং অনৌপা থরাই মংলেন কোইপনা থিলেন নাইনুংচং খিবীকপু ঙমচিংপি তুনা লুরাং লৈকোইবা শারাংমেলৈপা, হয়েল মোইলামপা, থুলচাল লাকপা, মতিং কুচুবা কম্পোংমহারাপা, থিপলেন নাইচং তরুকমকচিংপনা মঙাং লাইনিংশিং অনৌবগী স্না মখোংথাতা

য়োইনা থোইনা থৌখল ফম ফমলিঙৈদা লুরাং নিংথৌ পুন্সিপনা ফুপাক লৈভাইনা পাওহংচরকই ।

হে ইপাংঙো য়াইকরেন য়াইফথোক্লইপা তাইশং লৈরোন, নোংলোন মরোন তারামরিমক্কী রারম মহুংচনববু শমু মাংতাথানা খংতরিপা মশেননে। মালেম তাইপং পানবা অসিনে।

লৈখারোননা করমপা লৈপাক্লা ওইরিপনো ? লৈপাক পামপিলেননা করমপা লৈপাক্লা ওইরিপনো। লৈপাক পামপিলেন অতুতকী মহৈ মপাল, মপু শাংলকলপকা মহৈ অথুমপা করমপা অমপু পাল্লক্লিপনো। লৈপাক করমপনা লৈপাক মপাল নিংথিপা অতুপু য়াচরিপনো। লৈপাক্কী মহৈ থুমথোইবদি করম্বা লৈপাক্লা য়াতুনা থকচরিপনো। মালেম লৈখোইরেন অ;তকী মহৈ অথুমপা অতুপু চুপচরিপনো। নতাইলেম ঐখোয়পু রারম থাংখৈশেংনা পাওতাকপিউও। হায়না হংকৎচরপতা মঙাং লাইনিংশিংনা পাওতাকপিরক্লে। হে লুরাং হোংনেম লৈকোইপও তাইপং পুন্নমক্কী রারম মহুংচনপপু লুরাং নংপু হেন্না তাইবং কনানা শাখংঙমপকবনো। পারি নংকী নতিক অথোইপপু খচিংক্তুং ওইনা রাহমপিরক্কে পুনিং শেলোং নিক্তনা তাচৌও।

লৈরোন নোংলোন মরোন তরা মরিমকপু পাফল লিলা নিংথৌ ওইনা লুরাং নংনা পুরিবনে। হায়পকী মালেম লৈরী হনবা কৌপনে। নহকশাংকী হকশাং ফিথুপ মখাকিনা লৈরোন তরুকমকপু পুপিরিপনে হায়পকী খমচিং কোনঙুং কৌপনে

লুরাং নংকী তাংচ লুরেনতোননা ক্রো নোংলোন তরেংমকপু পুরিএ। হায়পকী কোলোই নমিংথোলপু লিকলা য়াথা থোবা নোংমতোন খোংকাও কনপা হায়নাশুং কৌপনে।

হে লুরাং হোংনেমবও থৌরম অথোইবা অমবু লৈরিবনে। যন খোম তরং থক্তা পাফল অরিপা অমপু ওইনা লিলা মথেক থক্তা লাইসিতপনা য়াহিপলিএ। পোকলেন পোকপা চিংঙুকী থৌখলপু তুপী মশেক লিশিং অমপু ফনতোকলপকা লাইশিত-পকী থক্তা খাল্লিপশু নংনে। চিংঙু নাক্তা নক্না পৌখল ফংচরিপশু লাইকনাকুমপনা ফংঙমলকপনো। থৌরম অশুম্না লৈতেংলিপা পারি নংঙোন্তা মঙাং ঐনা পাওতাক হৌলপনে।

থরাই য়াইপিরেন মিরেন লাননা রাপু অঙান শনপুম মরুনতং লুরাং নঙোন্তা লাংপল রারক চেংকুম মনাওতোনকুম পাপু ঐনা ললশিংপিপনে। তাইপং পূম্নমক্কী মতিক শুপথোইপপু মঙাং ঐনা করম খংঙমকপনো হায়ঙমলোইএ। অশুম হায়না থশ্মোই লৈকাহুংপু মখুম হাংনা ফোংতোকপিরপকী লুরাং হোংনেম লৈ কোইপতি হকশাংম তুলিক সরাতুখোংচুংনা থুমলেন ইচেল থরক্লে। তাংচমরাই লোংনা পিরেন চাইপি মরাং হৌরক্লে।

মখুৎ খুফাং চেৎনা লোম্না ফুপাক লৈতাইনা পাওহংচরকই। হে—ইপুংঙো নংতি য়াইফরেন য়াইফথোইপা মরক্তকী লাংলেন রাথক থোংকুমপা য়াইফশুপথোইপা মপুরেননে। তাইপং থরাই পূম্নমক্কী খোইরা মহিশিল থুমখোইপা থুমলেন ইশৌহৈপী—

খোইরা ঈশো হৈপা অনিমকপু ঈয়ু নংপু নত্তনা খোয়ুম কন কুমপনা নোংতম ঙমলিপনো। নাতাইলেন ঐখোয়কী থরাই ঈমিরেনপু লানপিকে হায়পকী নুংচেং ঈমরুতা নপি নপা নাই-তনা নতোম শাফোংলকপনে।

চিংঙু নংপু নত্তনা খোয়ুম কনানা তাকপিঙমলকপনো হায়না হায়রকলপকা শরাং মেললৈপশুং পিরেন মিৎপাল থননা শিংথনা হকসাং পুন্না নিকলকলে। য়াথং লৈসি লৈতোল হোইনা রাকৎচরক্রে। হে ইপুংঙো য়াইফখোইপা নংতি খোইরাকুমনা মরি থাংতে, তিংকোইকুন্না নত্তা লামতপকী চাপোক তাংশিলপা নাওত্তা খোংতোল শাংপলক্তা য়াওপতকী লিক্লাং কোনমক্তপা য়েননা চরাং থাংনা. তেক্তোলাইকোই, থোংফতপকী চোইনৌ স্না মৈথাং কোনকুম স্না কোনচু মাংফতপতি ঈয়ু য়াইপিরেন নংনে। নতাইবেম ঐখোয়পু পাওতাক ফিরোন নাংবিরকনো। চেংলৈ নিংথোইননা, মিংলেন নুংহুমপশু, চাংচৌ চেপনা লোননা মালেম লৈতা পক্লা রাকৎচখিএ। হে ইপুংঙো নংতুম চিংঙু লাইমরুনে থরাই নিংশা পাম্লিবা খৈবিকী থম্মোই লৈকা নুংতা শিনপা থুংনা লৈপিরিএ হায়পকী কোলোই নমিং থোনপু মঙাং কুরুম থরাই মংলেন কোইপা হায়না কৌনরিএ।

চিংঙু নংপু নত্তনা লাইকনাকুমপনা তাকপি ঙমলরোইএ হায়না নিংথৌ নাওথিংখোংশু শমুমথুৎ থুৎফাং লোননা রাকৎচখিএ।

হে কুরুম নংতুম চিংঙু লাইখৈপিক্তকী নিংথিপা স্নাকী-চিংলেন কুনপনে। থরাই পুন্নমক্কী খোইচি মিহুন পিমপা নাকলূ

ফিয়াললিপা খৈপিক্ত নরামোম চেল্লিপা খৈপিক্কী পাংকল চৈশৌ ওইপিরিপনে চিংঙু লাই কনাকুমপনা তৌঙমলকপনো, থৌরম অসিকিপু থম্মোই লৈকা মখুম থুন্না থুমপিরকনো, হায়না হয়েল নিংথৌ থোয়ামপশু, মখুৎ খুফাং চেপনা লোননা রাকৎচখিএ। হে ইপুংঙো নংতি লৈরোন নোংলোন অহু মক্কী কাশায়াইনিংথৌনে, হিমরু য়াইকোনহুংকী মিরেন থমাইয়োলকুম নরা মামচেল্লতনা নতোম শাফোংলকয়ে হায়পকী কুরুম অতিং কোকশুং কৌপনে। লাইচ তরং থক্কী ঙমথৈ পানতম ন্নাইতপা অসিনে, থরাই লাননা হীবু চিংঙু কননা তোংচেল হীনাও শাঙমলকপনো।

খোয়ুম মাইকৈ ঙাকপা নিপাল মরাচিংনা থরাই মথা- হুংকী হীথাংফমপু খংতনা লৈরিপা মশেননে, থৌরম অসি য়েংনা নতাইলেম ঐখোয়পু থৌচান তাহৎ নাইপিরকনো, হায়না মখুৎ খুৎফাং তরালোননা রাকৎচখিএ।

হে ইপুংঙো য়াইফরেন, য়াইফথোইপা খৈপিক্তকী লুচিং থৌথক থোংলিপা চিংঙু নথৌচালনা থৌচান লনকুপিয়ুও, নতাই লেম ঐখোয়কী থরাই ইমিলেনপু চিংঙু নংকী ম্না ফুতোং থৌ থাতমপু, তাংচশমপুম মরুমতপু খোইয়ুম কনাকুমপনা তাকপি ঙমলকপনো ?

চিংঙু নংতি খোইয়ুম লাইয়াম খৈপিক্তকী রায়েল থৌহুং চল্লিপা থুপলেন নথৌচালপু থৌচাল লমুকনপিরকনো, মালেম লৈশেমলোন কোপা ক্রো নোংহৌ রাপু চিংঙু নংকী থৌচাল নরনকুপু ইপি থকপিয়ো, ইখৌথোইনা লাংচরপনে।

য়োইপরেন মপারি তারুকমক্কী য়ারা থৌখন খোল অথ্ময়পপু তানা উনপি পুক্লিং পিনা পেনপিরপকী মঙাং লাইনিংশিং অনোপনা থম্মোই লৈকা মখুম হাংনা মালেম লৈশেমলোন অরিপপু ফোংতোকপিরক্লে। হে য়োপরেন ইপারী হোংনেম লৈকোইপও। নংনচিংনা নখোয় তরুকমক্কী য়াথং পাওহংরা অসিপু তাইপং নোংশা পাস্তা পুননা লৈতরিএ। মীপোক য়াইফপা নখোয় অসিকী য়াথং পাওহংখোল অসিপু মঙাং ঐপু ঙাকঙমলোইএ। তাংচ শমপূম মরুমতপু রাইমলক্কে, উনপি পুক্লিংপিনা তাপিয়ো।

তাইপং পূন্নমক্কী লৈপাক পামপিলেন মালেম লৈহৌফমতি ইপোইরৈ মৈতৈ স্না লৈপাক অসিনে। লৈপাক ফিথুপ মথেক অহুম শুইয়ে, তাইপং পূন্নমক্কী লৈপাক মমিংথোন্তি লৈরাং থমপাল কৌএ। থমপাল লৈখোকলেন্তি শিংলেন লৈলিচৎ লৈতোল্লাম লৈরাং লৈখোকলামনা নোংপোক পুংয়াই লমতা চৎখিয়ে।

শিংলেন পামপিলেন্তি খোইয়ুম সিতপনা থমপাল লৈখোক পাইনা থমলোরে, লৈখোকমা কিংনাইপতি লৈপাক মা কিংনাইনা তিংখং খোংয়ু হকচৈঙেনে, লৈপাক মরমচৎশু অকন অনৌ য়ান্না চৎলিপনে। থমপাল লৈতোন নিংথিপতি খানা পাংপা মাইকৈ লমতা থমপাল লৈকা ফননা শাৎলমএ। লয়োল নিংথিপকী শিংলেন মনাল লৌনা লৈপাক পূন্নমকপু লংম্যাই শেংপা লাঃ কুমনা লমচৎ থোইনা শেংথোইচৈঙেনে, পামলেন মকিং নাইপকী তিংখং খোংয়ু থোইপপু শোংনা লৈঙমলোইএ।

শিংলেন লৈথেক অমনা ক্রৌ নোংমতোন অরাংপতা চোং-খৎখিরপকা তাইপংপুমনা শিননা শিংলেন লৈকা ফননা লৈরাং লৈনাকুপনা পাললিপনে, অতুনোংকিপু শিংলেন লৈমিং লোনা মালেম লৈময়োলশু মিংথোল্লমপনে।

হে লুরাং হোংনেম লৈকোইপও, মঙাং ঐনা য়াথং মচেৎ খচিক্তংপু য়োইপরেন ইপারি নখোয়তা লামফেৎনা পাওমেল্লক্লপনে। থৌরম অসিকী রারম মতুং চনপশুং লৈরিএ। খোইরাকুমনা নরিথাং তিকোইকুমনা মত্তালাম মিঃ শেয়োং কাইমোংতুংকী মা-লেম লৈহৌ নোংহৌরাপু মঙাং ইতিক ওইতা ঈকুম স্না শোচৈ শৎ, সরাচ মমিফাৎ, মালেম লুপাক মথুম হাংনা শমপুম মরুম তংপু রাহমলক্কে, উনপি পুক্লিংপিনা তাওও।

রারম অশুম হায়না পাওতাকপিরকপা মালেম লৈশেম লোন অরিপা অসিপু হে লাইরেন মৈতিংঙু পামহৈপও, নিংথৌমাংতা থপপনাকী লিকলাং শিলকুম রাহমলক্কে, উনপি পুক্লিংপিনা তাওও।

নপোক য়াইফপা অহল মতম ওয়পনা পুন্সি চহি কুইরপা মালেম লৈপাক কোইপা অয়ামপশু, নোংপাল অঙৌ পানপনা চিংনা অয়াম নখোয়শু উনপি পুক্লিংপিনা তাওও।

মঙাং কুরুম থরাই মংলেন কোইপনা রাহমলকএ, হে কুরুম লৈচাওপও, শরাংনিংথৌ মেল্লৈখোমপা, নিংথৌনাও থিংখোং, নখোয় অহুমমক্লচিংনা য়োইপরেন ইপারি নখোয় পুন্নমকশুং উনপি পুক্লিংপিনা তাওও।

তাইপং পুন্নমক অসিপু আতিংগো ঙমখৈ পাঙম নাইতনা মতম কয়াকুইনা হেনখিরপতা, অতিংপী পুককংপিকী হুংশিং শিতপা, অতুকা লিকলা য়াইরংচানকা অনিংকপু, হুংওল পুক্লিল নরশকী মিমক্ পাংকলপা অমপু নৌনাওরকলে। মহাখক্কী কাই তোং খুকম লৈতপকী তাইপং মাইকৈপুম্না কোইনা কাইতোং খুকম থিঙমলপতা ফমপী মাংফতপা লিক্লা য়াংকোহুংকী খোয়ুম মপুলেন অথোইপশুং মালেম লৈশেম লমতাইকী (চক) মতম ফংলক লপতা চিংঙু শমু মহকশাংপু ক্রো নোলুম মশক ওইনা লংথ পিরক্লে। খোয়ুম পাইমা নিংশাকী ভুলাই থক্তাতোংনা খোলচেল য়াইপিরেনকী মশকপু ওইনা চেংলৌ মশক অরেপপা অতুপু শাফোংপিরক্তয়িএ।

খোয়ুম মঙান অরাবতি হুমিং লাখা অমগী মঙানবু খোইনা তাইপংপুমনা ঙাননা শাফোংলকলপতা চিংঙু মাকী খোনচেল থুমখোইপপু তারপকা মীমকু পুন্সিপতি উনপি পুক্লিংঙক চিংঙু মঙান য়েংনা পায়শিনখিপপু খোয়ুম সিতপনা য়ারাখোচেন ঙংনা পাওহংলকএ।

তাইপং অমমবা অসিতা চিংঙু ঐপু হান্না লৈরমবা নংপু কনানো? অতু তারপতা মীমকু পুন্সিপনা পাওখুমখিএ। চেংলৌনশক উইহন্তনা খোনচেল হুংওল অতিংঙানা পাওহংলকপা নংতুম কনানো? মকু ঐপু শাখংহল্লো। ঐতি মীমকু পাংকনপনে, পোমপী ঐতুম কাইতোং খুকমথিপকী অরা ঙমখৈ লৈতনা

কোইপাই পাইনা লৈরিপনে। খোনচেল অতিংঙা নংতুম ফমপী কত্তাই লমতকী শাফোংলকপনো ? চেক্লা ঐপু রারম থাংকৈশেংনা পাওতাকপিয়ূও। হে খোনচেন আতিংঙা নংকী নঙান অরাপপা অসিপু মিৎয়েং শানখৈরপতি, চিংঙু লাই মরুকুমপনে, খোয়ুম মশক অরেপপনা ওইরপতি নশক অশেংপপু উৎপিরো। মকু পুন্সিপনা কাওপিচিক্লক্লা পাওহংচরপতা চিংঙু মপু লেনতি মকু মতৌয়েংনা হুংশিপিরপকী খোয়ুম মশক অরেপপা (চহি) তরামঙাকী অঙাং পুক্লিং হুপপু ওইনা শাফোংপিরকলপকা মকু পুন্সিপতি পাওহংলকএ। হে, মকু পুন্সিপা নংপু অতিংঙা পান্তুম নাইতপতা চিংঙু ইমাং থানা মতম কয়াকুইনা লৈঙমলপনো ? মীমকু পুন্সিপনা পাওখুহলকএ, নতাইলেম ঐকী চেক্লা ইপুন্সিপু (চহি) কুমশিং লাক্লা থিঙমলকপনো, (চক) হাকথক হুমফুকা মরিশুনা লৈরক্লে।

মকু ঐনা কাতোং খুফম থিপকী নোংপোক মাইকৈ লমতা(চক) হাকথক তরাতরুক পাইরুপপু, লোইপী চিংলেন চাওথোইপা অমতপু ওক্লরক্তেএ। মাইকৈ খা পাংপা লমতা (চক) হাকথক অমশুনা কাইতোং খুফম থিরুপশু তালা উপাল অমতপু হৌরমতেএ। নোংচুপ পাংপা মাইকৈলমতা (চক) হাকথক অমা পাইরুপশু থুরাই কনাকুমপপু মকু ইমাং থাবা লৈঙমতেএ।

মতৌ মওং অঙকপা অমাপু লৈরমলে। চিংঙু পুক্লিং তপনা তাপিয়ো। অরাং পাংপা মাইকৈ লমতা (চক) হাকথক অমাশুনা পাইরুপতা হুংশিং অয়িংপা অমা ফংলুরপকী

পোমপী ইথোংইং চেক্লা ইশা খোইনা নিংথম থবক চনপপু আরুম ককফানিকরুঁম চেক্লা শাকু ভমতনা মতম মরুম কয়া কুঁইনা পাইখৎ-খিরপভা চাকমোম মৈকী মুংশিং অশাপা ওক্লরুরে। মৈরি মৈথীনাই খায়পী মরাং হৌপপু য়েংনা চেক্লা ইপুক্লিংঙক্লে। থরাই কনা কুমপনা ফাওভমললকপনো নতইলেম ঐগু উনপিপ পুক্লিং লেপ্পা চকমোম মৈরি মুংতা মকু থরাইমাংনা শিশিরপগুং চেক্লা ঐকী ইরাইপক্লো কাইতোং ফমপী খাংতপকী অরা মৈশা লাংপ্পনা থেইশিললকলে। থরাই হিংনা লৈভমপকী খৌরম কার কাননাকপনো। পোমপী থরাই ইমিরেনপু থাতোক্লকে চিংগু নংনা নোংতমপিরো হাইনা মিকপ তেং-থারক্লে। তেংথামীকপলিঙৈতা, ক্রৌ নোংলাংপান্তকী নোংলুম মশক অমপু ওইনা পাইথরশকা খোম্নুম য়ারা মখোলচেন অঙাংপপু চেকলা ঐনা তারকললপকী চেকলা ইশা চোকথরুপা লাইচা ইখৌ লাংপপু থৌকাওহল্লে। চিঙুয়ারা মখোনচেল খোক্লা রাহুম লকএ। হেমকু পুনসিপও চকমোম মৈতরেৎ আরাবনা ক্রৌ নোংখৌ ভাল্লিপা আসিপু হেননা পাক্লা পাইখৎ ফরোইএ।

খামপি মৈকী পলশোন অসিপু হেনথিরপতি থাংলেন ময়া আপাপকুম্না খৌপা নুংশিৎপুলৈরিএ। হেমকু নংনা নখোং নশা শোইনা থরাই লেমনা মাংলনৈ। চক কুমশিং কয়াকুইনা পুনশি চহি শাংভমললকপকী মহৈ রাচমনপু পুননা লৈররোইএ।

রাচুম স্না য়োকোম্নুং হিমরু য়াইকোম্নুং মক্তপা আহুমমক্তি মকু নতিক নত্তে, পংনা পাইখৎকরোইএ। মীপোক য়াইফপা থরাই চংখোলপশিংনা লাইনিং রাচমনকী = আরা ইশৌ লাংতনা মহৈ

তানফংচরকপনে। হে মকু পুনশিকপগু নংতি চেক্লা নপুনশিতা কুইচরকপা মঙাইএ।

চিংঙু খোইয়ুম লাইকী থৌতা পাওতাক পোংশকপু থংহনা চিংঙু লাইনিং থৌতাতা কিংলাপিশিনতোন মরমতপু লৈতৱিপা নংনা করম তানফংচরকপনো। চেক্লা নচিল নয়াতা খিকলেন ইনমপু কোক্তলিপ হে মকু নরাংপা নংগু থুনা হলরাইখিরো।

মালেম লৈশেম লমতাইকী রায়েল মতমপু ফংশিনলকলে। চিংঙু মপুরেন আথোইপপু ফংচবঙেনে। মকু নানংতম্না থৌখলচরুগু অশুম হাইনা পাওতাকপিরপকা চেংলৌ শকপু উহন্তনা মংখিরে মতাইলেব ঐপু চিংঙু বেংলোই ময়াথংপু তাংচইকোক থোনা হনরাইরপতা, আশাংঙৈকী মুংশিং অযিপা আতুম্বু চিংঙু মথৌচাননা মাপিঙমংকা অরাইগৌ লাংহনা মকু ইতোমক্রৌ থোইনা য়েং— রাংপলপা‚না য়েনা লৈনিঙৈত—অতিচা পুমনা শিননা ঙললকলে।

মকু পুনশিপনা চেংলৌ মমিংথিংনা য়েংলপকা য়ারাথোনচেল থোক্লা মিরপচরপতা চিংঙু মপুরেন লাইকী লাইআথোইপনা (চহি) তামা মঙাকী চেংগৌ মশক লাকপা চোইনৌ স্না আহিপকী শকলেন মঙাল অবাপপু মশিং লকচমতনা—তাইপং শিননা ঙাললকলে„ হে মকু পুনশিপা নতি নতোম কাইতোং থুকং খিনা লৈঙমপনো ? তারা নচিন চাক্লা কারিচাঙমপনো ? মকু নংকী শামপা পাংকল অচৌপা অদি কুমপপু নতিক থাঙমলোইএ।

হে মকু পূনশিপা নংতি খোইযুম ঐকী শমু ইহকশাং মহক্লে। অশুমহায়না থৌচানপীরপকা„ চিংঙু পাইমা মনিং শাকী মচেং আমপ„

থাইপিরকপকা মকু কাইতোংকমপু ওইনা অরাপোৎথাহল্লে,, থোইদুম শিতপনা হে-মকু পুনশিপা নংতৌ থরাই নিংশা পাললিপা থৈপিকপু চেক্লা নংনা হাল্লেএ,, কোলোই নম্বিং থোনতি মকু আহলও তৌনা কৌনশিন্নুও,,।

থোয়ুম ঐহাকস্ মালেম লৈশেম চক কংলকলপকী অতিংঙা থোইকোইরেন আশিপু ইনথরকলপনে। মকু ঐথোই আনী লোয়ননা মালেম লৈশেমমিননশে,, চিংঙু ঐপু থোয়ুম আওনপপু নত্তেএ হীমরু য়াইকোনঙুংকী চিংঙু লাইনিংশিং অহালবা মহাক্কে, মী মকু পাংকলপা নংকি কাইতোং খুকমলেন অসিপু থোয়ুম কননা ঙাকওমলোইএ। থোয়ুম লাইনিংশিং ঐতি আরাং লৈমা পাংনা তাইপং মীংয়ুতোং তেংকোল য়াইনমাচিং—আপক—কাইপা—চিংতোনপোক মহৈ য়াইরং চিংকী চোইনৌ স্নাচিং মালেম লৈতুপপু শেমলাথকে হাইনা রাহমলকপপু মীমকু পুনশিপনা চাংচৌ চেপ্পা লোয়া রাকৎচাখিএ। হেইপুংঙো নতাইলেম ঐপু মতম কয়ামুংশাংনা লৈঙমও হাইপনো, নতাইলেম ঐতি অরাম খোরাংপনা চিনা চেক্লা ইশা চোকথরপকি পাংকল ইয়েং ঙাপপু পুননা লৈরমতেএ। হে ইপুংঙো থোয়ুম শিতপা নংপু তানকংচরকপকী আরাম খোরাংনা পাংকল ইয়েং ঙাপপু থোইশিললক্লে। মতোকরমপপু ওইরপনো। লোকলৌ— পনম ইনমখাং ওইনপঙুং চিংঙু নথোচালনা থোচাল মনকুপিও হাইনা নিচরবলপতা—

চিংঙু মপূলেন শিতপনা মকুঁ পুনশিপকী নাকোং থোংচাওলেপ অনিমক্তা লাইমিং মীংথৈলেন আথোইপপু নীংশা চৈরোইননা

কান্নশিলপিরপতা মকু পুনশিপতি আন্নাম খৌরাংপনচিংবা মশা শাকন চোকপপু মাংথিরকপকী নোংশা পাংকল লিশিং অমকী পাংকল মতিকপু কনখোইরক্লে।

খেযুম লাইনিংশিং আহানপপু নিংশা কানখেং তুলই খোংন্নাইননা আরাং লৈনা পাংপা শমতা ছুনখৎিরে। হান্নরিবা রান্নম রারি লিথুল আসিতী মঙাং কুরুম সিতপনা য়োইপরেন মপারি মতাইলেম পুমনমক্তা পাওতাক পিরমপা রান্নম আচেৎপা রানে।

হে-মীপোক য়াইকপশিংও—নখোইপু হৈলোয় শিতপা,, কশ্না মিংখৈলেন আসিপু শোননা তাওওঃ পুনশি মখোইতেংনা য়াইক মরাং কায়না লেপ্পা তানকংচঙেনে। হে-লাইরেন মৈতিংঙু পামহৈপওঃ নিংথৌ নংকী স্না কোন্নুংলেন ময়াই খেংকুরুমচিং আসিতি লাইচি হাননা মালেম লৈহৌঙনে, উনপি শেপলোং নিক্তনা তাপিয়ো নপোইরৈ সনা পুময়োল আন্দিকী মতিক অরুপপু লোইনা হাইঙমলাইএ। তাংচ শমপুম মরুমতংপু রাহমলক্কে।

হে-নোংপাল আঙৌপানপা —মালেম লৈপাক কোন্নপা খৈপিক্কি য়ুচিংলিপা—মালেম কায়পী অস্পুপী—য়ামপাশিননৌ—নোংখোলপা অনিমক্কচিংপগু উনপি শোলংনিক্তনা তাপিন্নুওঃ— (হয়ি—হয়—হে) চিংঙু য়ায়পিলেন সিতপনা শমলাং মরিক মরক্তকী শমপুম আমা শক্তুনা লাইচ তরংথক্তা লাংথপিরক্লে।

নোংতালেং য়াইনমশাকী মিরাং অপিশক অমাপু ওইনা পুথোক পিরকলপকা তাংচ লুরেনতোন লাইচ কোংপোল, লিক্লা হুংতকী লৈরাং থমপাল লৈনম চাওপা অমাপু হৌরক্লে, শিংলেন লৈয়োল হুংতকী খোইয়ুম লাইনিংশিং অহানপা হীকোক চুতাননপা নরামশক মাননা শাওললপকা দিংঙু মঙাল অরাপপু পুক্লিং হুইএ। মী মকু পুন্সিপকী মনাকতা নকশিললক্লে। মকু মানা রাহমচরকএ। ঐহোত্না নকশিল্লক্লিপা নংপু কনানো? চেক্লা ঐনা লৈরিপা মফম অসিতি চিংঙু মানা শংউ, হায়না শংলিপা মফমনি নংপু লাকনো তায়না মকু মগাও হায়রক্লে।

হায়রকলপতা চিংঙু মপুন্লেননা পাওহংলকএ। হে মীমকু ফত্তপা থরাই মিকৌহৈপা চিংঙু ঐপু থৌওইতপা চেক্লা মিনমপা নংপু খোঙ্গয়ুম কনানা থৌথারকপনো? মকু নংকী কাইতোং থুফম অসিতি হয়েং মালেম লৈশেমলপকা মোরা য়াইসাকাইকী কস পাওতাক ফমপু ওইরঙেনে। চেক্লা নংকী নফম নত্তে থুনা হলরাইখিরো হায়না হায়রপতা মীমকুনা থুমলকই, হুংকী অঙাং নংনা মকু ঐপু তানপতি নতিক নত্তে, চক হাথক হুম-ফুকা মরিশুনা রাচরক্লপা ঐনে, মপু মাকি ময়াথংনা ঙাকলিপা ঐহাক্লে। অদু তাপিরকা চিংঙু সিতপনা মকু নংকী হকশাং তি, চিংঙু ঐকী ইথাক শাংনে। ঐকা নংকা হায়পসে অম তনে। হায়না থংঙাইনে। মালেল লৈশেম থৌকী লাইচ তরং থক্তা মিং সেমোং কাইমোং হুংকী, লংতরৈ নোংতরৈ রায়েল হৌনা

লৈখা, শকহৈ তমনাসি, হায়পা য়াথং পাওতাকপিরে, পাওতাক খোনকীবু তুংইননা, কাওপি চিঙ্কলক্লা রাকৎচখিএ।

হে ইপুংঙো ইথরাই, ইমিরেন ওইপিরিপা চিংঙু নংনা চেক্লা ঐকী লংচ রাকম অসিপু ওপনা ঙাকপিয়ো হায়না রা কৎচরপতা চিংঙু হাল্লেন হানপা কোলোই ওননা পাওতাক পিরক্লে। হে মী মকু পংকনপা নংতি লাইচ তরংলেন অকোই পা ইশিং পমপাল তোংলেন অকোইপকী ঈশিং পংতোন অখৈপপু লৈরাই মুংপা কোইনা নিংৎয়েং শানখৈরুও হায়না য়াথং পাও তাকপিরে মী মকু পুন্সিপশু।

মপু য়াথং পুনা খানা পাংপা লমতা খোংশানখিরে। হাল্লেন হানপা লাইমরুশু তাংচ শমকোকলুংকী খোইহৌলেন লৈরাং থক্তা লেমলৈ ঙানিংথৌ লাইচ ইচুমানপা অমাপু শাওলক্লে, লেমলৈ ময়োল পুন্নমক্কী মপুপু ওইখিএ। লেমলৈ মনম থক্তা পাফল লিলা ওইতুনা ফৈচৈ কারন লাক্লে, অতুপ পাফল অরিপা হায়না মিংথোল্লে. লাইরেন খোইহৌলৈ থমপাল হিকোক চুতান্নপা অমাপু ওইনা শাফোংলক্লে, শিংলেন লৈতিক তি মঙাচংলে, লিক্লা থুমখোইপপু শরুক অহুম হুপ্লিএ।

খোয়ুম লাইমরুশু থমপাল লৈয়াংথক্তা খামকী মৈরি চুতান্নপা খেংকু লাইপিচা অমপু শাওল্লক্লে। খেংকুথক্তা খোননা লাইরেন হিকোক মানপা অমপু ওইনা য়াহিপলে, তুপি মমিংথোনপু তুপি ঙাংহল চাওথোইপা কোনা মিংথোল্লে। লাইরেন মথেক ফৈপু

লৈরোং শারে, লাইরেন খোইচি হুংকী শিংলেন স্না চ়ুতাননপা অমপু ওইনা লৈকা ফননা শাৎলক্লে। শিংলেন লৈতিক্তি তরুক চংলে। লিক্লা থ়ুমখোইপতি শরুক মচেৎ হুললি, থমপাল লৈয়াই থক্তা খোইয়ুম সিতপনা কাংঙোই শরিকপপু ওইরক্লে, ঙাংচ়ুনপা ওকলেনশু মহাক্লে। ওক্লেন সয়াংথক্তা চমেলচ়ুতানন্পা লাইরেন মানা থরাই লাচন খনকুম শুংতাই করন লাক্লে, পাফল মমিংথোলপু কাংয়াইমপা কৌএ।

তুপিখোইচিন্‌কী লৈরাং হিংওল মচ়ু মানপা শিংলেন লৈনম চাওবাপু শাফোংলক্লে। লৈতিক্তি তরেৎ চংলে, লিক্লা থ়ুমখোইপপু মঙাহুল্লে। হে লুরাং শালাইহলপও চিংঙ়ু মাকী মথৌরাং অসিপু অঙকপনিকো থমপাল লৈয়াই থক্তা লহি লৈফমনবি লৈহৌ কাংচেৎপা শামু য়াইসা নিংথৌ অঙৌপা লাংবোই ময়া ময়া মরি পানপপু পোকলক্লে। থুচিল মোইকাংতোন কুলমকশুএ হিংওল চ়ুতা লৈত্র, চিংঙ়ু য়াইপিরেন সিতপনা লাংকোই শাংক থোননা লাইরেন য়াওচ়ুনবা অমপু শুনা লংলৌ খনকুম লংলা পুথাং লোনকুমলে। পাফল মমিংথোনতি হুংনাং য়াইমপা কৌএ। লাইরেন খোইচি হুংকী থমপাল সংচ়ুহেনপপু শাৎলক্লে। শিংলেন লৈরাং থক্তা ত্রৌ নোংশুমপান অঙৌপকী চ়ুপালুতাননপা নম়ুপোংশক মানপা অমপু শাফোংলক্লপকা শমু মখোং শেংচৌননা সয়েং পামপোতিং য়ারেন খোংচ চিন্না মালেম লৈপূথোপু ঙাইখমলরে। কোলোই মমিং থোক্তি লমচা

শরাতোন কৌএ। চিংঙু হানপা য়াইরংচাননা লমচা থক্তা থোননা চোইনৌ স্না কোনচুমানপা লাইরেন চাওথোইপা অমপু শাওললক্লপকা মথেক ঙৈফপু লৈয়োং শানা লেমলৈ ঙাহুন ইনকুম-না লাইরেন মথেক কুংশিলক্লে। পাকল মমিং থোনপু পাকল লৈপুপা কৌএ। লাইরেন খোইচি লৈয়াং থক্তা শিংলেন মুরৈনপা থমপাল লৈপাল অমপু শাফোংলক্লে।

চিংঙু সিতপশু লিক্লা থুমকোইপকী খোইরা মতুংইননা চোংখৎলপকা। থমপাল লৈয়োলহুংতা শমু মখোং করননা ফম লপকা শমু খুরক হুংতকী তম্নপ। লৈমালেন লৈহনপিপু শাফোং লক্লে। চিংঙু অহানপা লাইমরুনা রাহমলকএ, তমপা লৈমানা পাও খুমলে। হে কুরম সিতপও, নতাইলেমপী ঐতি চিংঙু শমু খোংপিহুংতকী শাফোংলকপনে, খোয়ুম নখোং ওইলোমনা পালেমনে, শমু নখোং য়েৎলোমনা পনথৌ শকমপনে, চিংঙু কোলোই নয়াথংনা শমু ইহকশাংনে, চিংঙু নথৌ চাননা, শমপা পাংকল ইচৈশুনে, খোয়ুম নরনকুনা থরাই ইমিরেন, ওইরি-পনে, চিংঙু নথৌচাননা পাইমা লৌশিংপু ওইরিপনে।

তমপা লৈহনহুনা রাকৎচপপু লৈয়েং লৈতোন হোইনা ফাইনা লোমপপু তাপিরপকী চিংঙু অহনপনা কোলোই পাওহং পিরকএ। তমপা শকহেলপি নংপু করি থোরম লৈপনা লৈয়েং লৈফাই চনপনো হায়না পাওহংপিরপতা, নতাই লেমপি ঐশু উনপি পুক্লিং ঙক্না লৈঙমলে। মতৌ করমপপু ওইরপনো ?

নতাই লেমপি ঐকী য়ারেন খোংচি হুংতা আতোংপা অমপু লৈয়ে হায়না পাওখুমলপতা চিংঙু মপূসিতপনা শমু খুৎতোনপিনা থিংচিলপিরপকা লৈতুম মচা অপিখক অমপু পুথোক-পিরক্লে, চিংঙুনা মীৎয়েং শানখৈরপকী চিংঙুনা মালেম শেমকে নিংপপু পূক্লিং থরাই থুংলে।

লৈতুম নংতি চিংঙু ঐকী ইচিল ইয়া থংতকী অরাৎপা লৈতনা শৌও হায়না থৌচাল লনকুপিগ্রে। তমপা শকহেলপি নহাক্লা থমপাল লৈয়াং থম্বা মালেম লৈসিরো, শিংলেন লৈনা ভাইনা থমপাল লৈবা অমনা মালে লৈতাই হৌরো, থমপাল লৈতিক্তি নিপাল চংঙে।

লিক্লা থুমখোইপা, তরুকশুগ্র, শিংলেন লৈনা মখাকি মরি মানা মাইকৈ চিথেক মরিপূ লাকঙমও, থমপাল লৈনা নিপাল না মাইকৈ নিপালমকপূ লাকঙমও, শিংলেন লৈনা তরাকা তরুক মক্তি শুংতাই তরকা তরুক মকপু লিংখৎলো, থমপাল লৈনা হুনকুকা মাথোইনা পোইরৈ শিংখাই হুমফু মাথোইমকপু শাশেমলো। অশুম হায়না পাওতাক পিরপতা পাওতাক খোনকী তুংইননা মালেম লৈমালেন সিতপিনা পাইমা উনকোই হুংতা নিংখলখিয়ে। চিংঙু লাইমরুপু থমমোই লকাচেৎনা উনপি লাইনিং শিংচরপকী নপারি চিনকোই মরি পানপা অমপু নৌনাওরক্লে, কোলোই মমিং থোনতি নোংপোক কৌএ। হে নোংপোক চিনকোই মরিপানপও, পারি নংপু লাওও তমপা ঐকা তালোই তুহুংসি থংলেন রাইরংচান ওইমননা মালেম লৈ শেমশে, মপারি চিনকোই মরিপানপনা পাওথুমলক্লে। হেং পলেম

পাইমা উনকোই হুংফী নৌনাওরকপা নপারি মহাক্কে, নপারি ঐকা তালোইতুহুংসি থংলেন রাইরংচানপু করমনা ওইঙমক-পনো অশুম পাওখুমথিয়ে ।

মপারি লৈরাং আতোনপা অমশু নৌনাওরক্কে, কোলোই মমিং থোন্তি অচিপা তৌনা কৌএ । মশম শমলাং তাপুনলৈয়ে, হে: শমলাং তাপুলনপা নংপু লাওও তমপা ঐকা ইাপঙা তালোই তুহুংসি থংলেন রাইরংচানপু ওইনা মালেম লৈশেনশে চায়না পাও-থেমলপকা তমপা শকহেলনিপু য়েংনা উনপি পুক্রিং ছরংকৌ খোয়ুম অচিপা শমলাং তাপুনলপকা ঙাইরেননা শাইরোং মরু কুমপা মালেম লৈপক লৈতুম অতুনা থমপালকা লৈনা থত্তা মালেম চনিং লৈখৈকী চানলে লাইকোই মক্কম লৈপাক লৌসি হৌরক্কে, অতুনোংকৌপূ অসিশুং কৌপগে । লৈনা লৈনা শোকৎ লকই লৈশৌ, লৈনা লৈনা তানখংগাকহ হায়পকী লৈতানশুং কো-পনে, লৈনা কোইনা পাকথোক্লকই লৈকোই পুংশু কৌপনে, য়েংনা য়েংনা, হাপপী হায়পকী (হয়েং), থমপালকী লৈনা অমাকা অম কা হংচি লাক্না হাপপী হায়পকী (হংচিৎ) শেমনা শানা হাপ পা হাইপকী (মশেম) লৌনা লৌনা হাপপী হায়পকা (মরো) আতোংপতকী অকুৎপতা কাং কাপপকুমনা কাপপী (মকাপ) শিং নাননা শেমমি (মশিৎ) ক্রৌ নোংচা তরেৎমককী কোলোই মমিংথোন্তি অতুনোংকিপু থোনখিপনী হায়তপ্রা ?

চিংঙ্ হালেন হানপা লাইমরুনা পাকল লিলা নিংথৌপু শা ওল্লপকা লাইরেন মথেক ফৈপূ লৈরোং শানা য়াহিপলে, চোইনৌ

স্না মৈখাং কোল্লে, অতুনোংকীপু স্না য়াইকোনহুং কৌপনে। নিংথৌ য়াইকোনহুং অসিপু হেনফতরপনে, হায়পকী পাফলথোইনা থমলময়ে, হায়পকিপু ময়াইথোইপীচিংশুং কৌপনে। লাইরেন খোইচি হুংকী চোইনৌ স্না য়োইথমপাল শিংলেন লৈকা লিশিং অমা শুপপু লৈনম চাওনা শাফোংলকলে, হায়পকী হে লুরাং হোংনে। লৈকোইপও মতৌ মওং অঙকপনে, চিংঙু য়াইপিরেনশু লাইচ লিক্লা থোইকোইপকী খোইরা মহিশিলকা. ঙাইরৈননা থমপাল লৈয়াং থক্তা ফাওকৎলক্লপকী কোলোই মমিং থোনপু পোকলেন পোকপা কৌপনে, চিংঙু মাকী ফিশেৎতি হীকোক মৈরী মচু মানপা চারৈ ফিশেংনা মাংচৎ তোনতাহেল্লে তুংশোন নামৈয়েপলে ফুরিৎ ফিঙাম শাইচোনপতি, হিমরু অচিপা য়াইমরু অথেপকী মনিক কুপ শোনপনা চিংঙু মতিক থাকৎনৈয়ে। লুহুপ মঙান নাইপতি মতিক কননা হায়ঙমলোইএ। লেমলৈ ঙামা চীংকী, কোক্তোনথক্তা পাললিপা খৈপিকপু লৈরাং মতম মাননা লুহুপ লৈতেং ওইনরক্লে। ললৈমনা শারেন য়েৎলোম লাংঙে তম্পা শিলশু লৈমা শিলহৈপিনা শারেন ওইলোম লাংঙে, মশানৌ মচিল মনাও অনিমকপু চিনফি লাইফি শেৎলে, থাপাক ঙাইথোমননা লিক্নি মঙান নাইয়ে, খুতোন খুতাংতা কোলোই খুসি হেল্লে, কোকলোই শুতোন থক্তা লৈরেন লৈচাওপুএ। লৈতেং মশিংশুপকিপু উনপী পুক্লিং হুইএ।

চিংঙু খোয়ুম খোইমোম মঙান অরাপনা তাইপংপুমনা ঙাল্লে, তাংচ লুরেন তোনপু কাংকোই মিতম হুননা চোইনৌ স্না য়োইথমপালকী শিংলেন লৈকোক তোনপু য়াঙনা লৈথৎ লকলে

হায়পকী কংলা নোংলৈয়াংগু কৌপনে।

লেমলৈঙানচিংপা. থেংকু লাইপিচা, ওকলেন, লাইরেন, লাং কোই লুরাংপা লমচা শারাতোন, থক্তা থোন্না খমনিং মিকৌখৎলক্লে হায়পকী নমথক শরোনপুংগু কৌপনে। নমথক শরোন পুংকী, কংলা নোংলৈয়াংপু হাননা মালেম লৈশেম লৈরোইশিল্লক্লে হায়পকিপু (হংচিং) কৌএ।

তমপা লৈমা খুপী য়োইবু লললৈল্লা মপারি অমপু নৌনাওরক্লে কোলোই মমিংতি আসিপা কৌএ। তমপা লৈমলেন শিলহৈপীনা মপারি লৈরাং অতোনপা অমপু শাৎলক্লে। কোলোই মমিং থোক্তি কোনশিল তুথোকপা কৌএ।

নোংপোক অরিপা, চিংঙু পোকলেন পোকপা, থোয়ুম অচিপা, অহুমনচিংনা মালেম লৈশৌখৎলক, লৈপিক লৈকুপপু লৌনা লৌনা লৈপাক শাশেমলকএ হায়পকী মশেম মরোগু কৌপনে। য়োইপু লাইলেম্মা, পোকলেন পোকপা মপুরেননা হাওসি ঙমকচিংনা লুচিংঙে, মপারি অহুম্মক্তা নোংপোক চিন কোই মরি পানপনা হাওসি ঙমাচংলপকা তেংপাক কাংকাপনপা হরাও হরাও শিন্থম হৌরক্লে। অতুনোংকীপু মকাপ হায়না কৌপনে। শিৎনা নামনা মালেম লৈতাইশিললক্লে হায়পকী (মশিৎ) হায়না কৌএ।

ক্রৌ নোংচা তরেৎমা অসিনা মালেম লৈশেম লৈহৌঙৈকী ক্রৌ নোংপুম থেক্না চৈশিনরক্লে। তেংকোৎ পুংচা অহুমকী থাচ কোংকাই মাননা মালেম লৈশি লৈয়ুং শিললকলপতা

হে নোংপোক চিংকোই মরি পানপা নতি তাইপং পুম্নমক্কী পজো মপা, ওইনা লাংকোনপিরকপা নোংতম থাংযনজু-ও। থে ইয়ুম আচিপা নতি থাংপং পুম্নমকপু পনথৌ মপা শক্তা লাংকোনও। ইপারি আশিপা নংতি মালেম কৈথুং নপপু শাক্তমলুও। ইপারি লৈরাং আঁতোন। নংতি নপল ঐক চুপংপং পনজাক ওইনা তাইবৈনশে। কংল লাংলৈশাংতু চোইনৌ স্না পুমতা কোনকী শাথোল মাপল শুনা, শাশেনলে। থমপাল লৈকুমদুং মুনাং থোইরেন থক্তা মনিক শমু খুৎচুপ তরেংথাংএ। ফজপাল শা পু সেংখংলকলে ফালথোং মাপল শুইয়ে। পাকল লিককাই নিংথৌকী চিয়েন কাইলেন অনিমনা শমু ওইরাম হেৎলোম লাংনা লৈতেংডি। হাইপকী হুংনাং মথোই নেংনা লূকোক চিরৈ রাংপু তোংকপা লাইথিংথৌ হাইনা মিংথোল লমলে। চিঙু মাপু পাফল লিলা নিংথৌকী তোকলেন লিশিং অমপু লিলা মশেক ফননা চিংঙু থক্তা খললরে।

হে লূরাং শলাইহয়প-ওঁ, কালথোং মাপলমক্কী মতিক লাইচা ইরেন মুংকুমপপু বননা হাইঙম লকপনে হ ইঙমলোইএ। শংলেন তরুক মক্তা যোইপু কৈমরেন শিনশু কৈমা শিলহৈপিনা কৈথোং তরুকমকপু শাৎলক্রে থরাইনি মযোলকী লৈরোং তরুকমক্তা শংলেন তরুকমত্তা কমপিম্নিম ওইন রিএ। লৈরোং তরুকমক্কী মতিক ঙমপতি, থেইয়ুমশমু মহকশাংকী হকশাং আনি ওইনা থাইতেংলপকা চোইনৌ স্নাচিং চিংলেন য়াংরংচান মক্তপা হানিতপু শাওললকপকা চিলেন নাপোম তমনা আরাং লৈনা পাংনা হনকৎথিএ। চিংথোন মরেন তরেং শুএ। চিংথোল তরেংথাপু য়াংকোই শংকোই হিতাকমপাল

কুমনা পোমচিং তোন তমনা কুমথরকই, স্না চিংলেন ভামনা মালেম লৈথারোলপু ভাননা হুনথখিএ। চিংলেন চিংথোল তরেৎমক্তি, চিংথোল মথাকননা উমথৎলকএ। চিংলেন মকা তরা মহিমকী নাতৈ তন্নামরিপু শোইনতনা চিংলেম কাকুপনবে, স্ন। কাকোকী মতম মাননা শাশেমলে, আরাংচিংথোল তবেৎমক্তা ক্রৌ নোংখললোন তরেৎমাপু শাশেমলক্কে। স্নাচিংতোন তরেৎমক্ক লুরাই শুপ্ন থৌইপা থক্তা খোয়ুম লাইনিংশিং ভাহানপকা পোক লেল পোকপ মহাকী তমপা য়াইকোল লেনপু হাননা শাশেমলে। মুংনাংকোন লাপা কোলেনয়াই ক্রৌ কোন ন'মুংপা চিয়িকোল .থাইকোইপা আশিপা কোলেন য়াইনাচিংপাপু শাশেমলে খোয়ুম নোংথোকী কমপিলেম্ভি আরাং কোন কৌএ।

ক্রৌ নোংলোন তরেৎমপু শাশেমলপকা ক্রৌ নোখোং লোন তরেৎমকী চিংলেন নাতৈ চামা নিপাল মক্তা বাকুপতুনা হুইবেন থারে। মরাচুমি নমলে, ক্রৌ নোংখোং মরোন আমতি অক চান্না তারাকী য়ুথক মশিং পাকএ। নোংখোং মখল অমতি অক যুথক চনিকুনকী মরাক মযুং ওইএ। নোংখোং মরোন আমতি অক চামরিকা নিফুকী য়ুথক মশিং পাকএ। নোংখোং আমতি অক চানিপালকা মরিফুকী মবেল ওইএ। নোংখোং মরোল অমতি অক চামপনকা হুমফুকী যুথক মশিং পাকএ নোংখোং মখল অমতি অক লিশিং অহুম চানিপালক নিফুকী যুথক মরাক লেনলে। হে লুরাং শলাই হনপা খোয়ুম নোংতম মরায়েলপু থৌরম মতৌ ভনথোকপনে। চিংগু খোয়ুম কনানা হাইগুম লকপনো। চোইনৌ স্নচিং কী হুমলেন

য়াইতোনন্নুংতা খোয়ুম লাইনিংশিং মাহানপা চিংঙ্গুমপুরেন লেঙ্গতপপু ঙইনা শাওলপকা পাইম। মনিংশাপু নিশে। খোংলেন হাংনা কাম-খোকলকলে।

তাইপং পুম্নমকী মামম মিৎপু ঙকপতা মুংশিং মরাংহো খমকোন মথিন নাইনা মালং শহুম তানা মমিং কুপ্শিন্পতি উনপি পূক্লিং আঙক চংলপকী (হুয়ি) মিংথৈলেনপু লৈতোন পোংথা নাইতনা শোললক্লে। চিংঙ্গুমপুবেন মথোইপতি মিংকোই থমপাল মানপা আনিমক্তকী অমরক্পিরেন লাইচ ইচেন থরকলপকী লাইচা ঈশিং মরাং হৌরকপনা তাইপং পুমনমক ঈশিং তরং হৌরক্লে। ইথক মরাং হৌপপু য়েংনা মীথকু পাংকলপা থাংহৈতপপু লাইরিক ময়েক চননা কননা তেংথা ঙমলোইএ।

হে-লাইরেন মৈতিংঙু পামহৈপা পথুপ নাইমুংচং মীপোক য়াইকপাশিংনা শমু খুৎতুম চনারিপনে।

তমপা নৈমরেন শিলহৈপিনা মথোম য়াইহনমু য়াইখুরেমবী য়াইনিংতোন আহুমমকপু ফুইনরক্লে। নৈমা য়াইহনমুতি নোংপোক আরিপা চিংকোই মরি পানপা তালোই তুমুংশি ঙইহল্লে, তমপা য়াইখু লেয়াপতি চিংঙ্গু আশিপকী তালোই মরুমপীপু ঙইললে। য়াইপু য়োইতোন আতোনপিতি খোমুম কোনশিন ফুথোকপকী

শমু ওইরোম থাহল্লে। খোইয়ুম আচিপকা তমপা লৈশেম হনপীকা খোয়ুম য়াথংলোই হুমফুকামাথোইপু নৌন'ওরক্ল। মযোম লাইহুরা হুমফুকামাথোইপু শাংক্লে। য়াথংলোই হুংফুকা তালোই তুম্ন শি থলেন র'ইরুংচানপু ওইনা তমপা লৈশেন হনপিকা মলেম লৈশেমনেএ। য়াথলেই হুংফুম থোইনা মালেম লৈনেৎলে। তমপা লৈশেম হনপিন, চিংনা লাইহুরা হুমফুকাম ওইনা মালেম লৈহোল্লে। লোইনা তমতমথৌ চকোই লেপলৌশা ভাশৈতেরা'ন শক্রা মলেম লৈশেমপপু তেকোৎ পুংচা তরক্কী স্ন যাইকোনমুং কোন্নুং মু তা চক্লপপু থুংশিল লবলে। থপাক ভানকম লনকী লোইরেন হিমচ ওলেনশু শাংথোল নিপাল শুন লিংথৎলক্কে। কাবন মপল শুএ। চোইনৌ স্নমৈথ্বাং কোল্লে। মপারি আশিপকী খোয়ুম কমপিলেননে শপাই নোংতমকমশুং শাংখোন তবেৎ শুএ। শ'কবন নিপালনে ম'ল লৈশ্না আভাংপন' তাওৎপা মশেননে।

আবাং কাইপা শংলাংমৈ লোইরেন কমপী মবিমকপু হান্না শাশেমলপত' নোংপো'ক চি'কোই মহিপানপ' চি'ও আ'চিপা মশম শথল তাপুলনপ', মপারি আশিপ'কা, খোয়ুম আহুমমনা য়াথংলোই হুমফুমাথোই মক্কীতমক থা'পোক ইলুম শেম্না হানবা মরান য়িমহৌরক্লে। হাইপকিপু স্না যাইকো'নমুং অসিপু মরান য়িমত মপু'শুং থোক্লমলে। য়াথংলোই হুমফুম'থোই মক্কী মপারী মযোম লোনশিংপু চামা নিপাল শুনা স্নামশিললক্লে।

খোইয়ু অসি াকা মশানৌ কোনশিন্ন তুংথোকপকা অনিমকশু মপাবি আনিতংপু শাংলক্লে। খোয়য়ুম আসিপকি মপারিতি সরা তৌনা কৌএ। চিংঙু অতোনপকী মপাবিতি যোইথংলেনও তৌনা কৌএ। খোয়ুম অচিপশু মপাবি অমপু শাংলক্লে। থৌঙাই অবিপও তৌনা কৌএ।

খোইয়ুম অহুমমকপু পাওকৌবপকী নোংপোক চিংকোই মবি পানপনা বাহমলকএ। হেন্‌ইপাবি সনা আহলপা নংতি নশানৌ নিতবং তবেং অাং নপকা ঙাইবৈননা আরাং নোংলৈপাক্তা ক্রে নোংনিংথৌপু ওইকও। ইপাবি থৌঙাইপা নংতি নশানৌ লৈবি খোমপিকা ঙাইবৈননা অসি থুবাইনিংথৌ ওইরুও। পাবি যোইথংলেন নংতি সা নৌতালৈনুকা ঙাইবৈননা নোংচুপ পুংয়াননিংথৌপু ওইকও আওম হায়না নোংতমপিখি হাইতপরা।

নোংপোক চি ক ই মবিপানাচিংনা খোইয়ুম পুন্নমকপু কংলা নোংলৈযাংপু তাননা চেনশিললকলপকা স্না মেলাংচানকী লাংযেন মাংতা থানা পুননচৈএ। আ ঽ নোংকৌপু পুনের তাইপি লোকও থোননা কৌই হাইতাপদা। শমু থাংচপনা কংলা রাফোং পপু তৌনবক্লে। শাহুনোংবীপু তিংডি রাফোংলকও মিংথোল্ লমপনে উনপি পুরিং লুপলপকী যাথং লৈশি লৈথোনপপু তিংডিও তৌনা কৌএ। খোইয়ুম পুমংমন্না ভাইপৌলোত্তা তিংডি রাফোংলপতি খোযগুম মফিশং—তবা মচিন চাক অনিনকপু নিখিএ। খোইয়ুম পূমনমক্কী পাওনিখোনপু তারপকা চিংঙু যাইপিরেন সিতপনা মশানৌ শিলশু হৈপিপু যেংনা

কোলোই পাও মেনখিএ শিনৌ শিলশু লৈমা নহক্লা খোইয়ুম পূন্নমক্কী চরৈ মফিশেৎপু নথৌচাননা লন কুপিও হাইনা পাওমেন্নে। হায়তপরা পাফল স্না—পাফল লিলানিংথৌকী লিন্না ময়েন য়েংনা তুপি মরাক লৌনা ফিয়েক মশিং শুনা ভমপা লাইহুরাশিংভো লনকুপিখিএ খোইয়ুম পুন্নমক্তি চরৈ নোংলুমপাল অঙৌপকী ফীশেৎ খ্বাইশেৎনৈএ, মাংলম তোন্তনা ভুশোন নামৈ য়েপএ। লুহুপ মঙান নাইপশু লন্ কুপিরপকা—তরা মচিল চাক্তি পোকলেন পোকপা লাইমরুকী মচুম লিক্লা থুমখোরপা লাইচা অহিংপপূ ওইনা থমপান লৈহুমতুংকী শিংলেন লৈরাই খ ইনা উচেমথরক্লে। লাইচা ইরোং অহুমমকশু ফাংলে। খোংলেন অমনা খাখোং ইমরুচে, লাইচ খোংলেন অমতি লাইখোং তরুক ফাংলে। লাইচখোংলেন য়াইতি মরোং খোংনে, অসিতকী চেনথরকপা লাইচ ইরিৎ লাইনা খোইয়ুম পুন্নমক্কী তারা মচিন চাকপু ওইনৈয়ে হাইতপরা।

নোংপোক আরিপনা খোয়ুম আচিপকা চিংঙু আসিপতা রাহম চাকএ। নশানৌ আতোনপতি চিংঙু নাক্তা শেনপিনো হায়না পাওমেললকা,, নোংপোক আরপা চিংকোই মরিপানপকী য়াথুং মতুং ইন্না মশানৌ য়াইখুলেমপিকা ঙাইরেমনা খোইয়ুম অসিপশুং মালেম লৈশেমখিরে হাইতপরা। খোয়ুম পুন্নমকপু চাতরা কানিথোই শুশিললক্লে। শুশিননা মালেম লৈহৌরকঙৈতা ঙাইরোইনরকএ। লৈপাক লৈরোল চননা মালেম লৈখোংনরকএ চামলৌ মমিং খোনপু লৈহৌ খাংপলাশুং কৌনরক্লে।

লৈহৌ আতুনা চামলো লাপুওইনা, খারাই তোংতম শান। সংখোম লাইচ ইথকনৈএ। হারাও পুংতোইননা মালেম লৈশেমপপু কোন্নুং মলোনথা কোন্নুং পমপাল কোইরেন তেংকোং পুংচা তারু তরুক্কী মঙান আকোয়পপু থুংশিললক্লে হায়তপরা।

খোয়ুম লাই পাখঙশিংপু লিশিং তারা শুশিললক্লে। তমপা লাইনুরাশিংগু লাথা মশিংগুনা য়ামশিললকপকী খোয়ুম (মচেৎপা) মানা খুপাক্ তাপুলথু (তম্পা মলুপ পনা) আসৈ খোমান শকনৈএ, খোয়ুম (মথন মানা) চাকোই খোংলৈ তৈনা মালেম শেমলকপপু কোন্নুং মথন্ মাকী কাইরেন্ শাকোনপনকী মখৈপু মালেম্ লৈথোললকলে। তেংকোং পুংচা কুনকানিংথোইকী মরাক চাওকোই লেনলে কোন্নুং মরোন্ আহুম মকপু থুংলমলে হায়তপরা। নোংপোক আরিপা অনিমক্কা রাহমখিএ। তমপা লৈহনন্থকা ঙাইরৈননা হুংকাং মহারপা নংতি মালং শুংশিং নিংথৌ ওইনা থোংলেন মাপন মক্কী মন্না শোচৈ শুনা নোংতমলন্ও হায়না রাহমখিএ, য়োইপু তনৌ নোংতারেংকা ভাওপিলোইঙ লাইন মপি ঙাতি কংলৈ পুংময়োলকী লাচ ঈশিংথোং তরেৎমকপু তৌরমলপকা তাইপং পুন্নমক্কী খোংলেন আপিশক লিশিং আমগা চামা য়াংখে শুনা লাইজা তুরেল তুতৌরমলো লাইচা ইরম ইচাওপু পোইরৈনা মিংকৌপতি তারিও তৌনা কৌএ। লাইচ তরেৎকী ইনিংথোপু ওইনা অরাং ক্রৌ নোংলাংপাস্তা পুখৎখিরপকা মালেম লৈখারোন্দা চিংখা ঈশুং নমু পোংলৈকোল আসিতকী ঈঙৌখনগতম ইমু-চেংকাচিংনা নোংশি নোংতমন্নুও।

নোংলৈসং শংলেন অনিমকশুং, কুচু লেম্পি চিংবা, য়াওরৈপী খুনং থোং শংকা শংলিংখৎলক্লে। লাইচ ইরুশংকা পাম্বিংলাংশংশু কাপ্পু ছরেনশংকা,, সরাচুমিশংশুং,, মিরেন য়াইহৌশংবা থেংচোন পোংপৈ শংশুং তাওখৎলক্লে। লাক্না ইছুনশং থুংলেন হাঁথাশং শং অনিমক্রচিংনা শাসেমলক্লে। অহিং নোঙানশং অনিমকশুং য়ায়েল থোংভাশংকা শংলাং মৈরেং কারনশুং য়োইনা থোংহলশংকা লাপা নোংলে শংশুং মিরেন য়াইকরক মোংলেন থোংহাংশংবা থিমক য়াইরুংশংশুং শংলেম অনিমক্না হুমলেন হামলেন শংকাশু শাসেমলে। অপানপা সংতোল লাংবা তামনওনও — কৌপতি পরায় পুংচাওখলনও তৌনা কৌএ। থৌরায় পুংতেনশংশুং অচৈন আমাই সংকা সংলিংখৎলক্লে। তারা চাথোং সংকা কৈরুংপা থৌরাং-সংকা ছয়েন লানচা সংকা লোইশা পুরুম সংকা চরৈ ফিরুকসং সিংলেন লৈসেমসং নাতোন নমনা য়াইতকশংকা হরাও থোতোং-সংশুং সংপি সংনাওতানচিংপপু সংলেন মিতম হুনতমএ। সংলেন অরানপাশুং লৈওমখিনিনৌ, য়ায়েল মতম য়াংলিয়ে হাইতপরা।

নোংনাং খোমপিকা নোংতালেং য়াইমপিকা মানৌ নচিন ননাওনা মৈরন লাইচি ভাক্না য়াংপরেল লামিংথোপু ং কও। য়োইপু কাংশু লৈমাকা খোয়ুম আসাং নংকা লিকলম লাইচি নিংথৌ ওয়রুও। য়োইপু সংকুপ লেনপু চৈরেনবা খোয়ুম লাইচিহনপা নংকা চিঙথৈ ইয়ু নিংথৌ ওয়রুও। তমপা চিঙমলেং নংকা খোয়ুম লৈপিকহনপা নপিঙাতি সনথোং য়োইমোই নিংথৌ ওয়রুথৈনে। খোয়ুম লোই য়ালেননা চিংনা তারা তরুকমক

নখোয়তি খোয়মোন লাইহুরা তারাতরুকমকপু ঙাইরৈননা মায়কৈ শুংতাই তারাতরুকমতা লাকয়েল নিংথৌ ওয়রুও। খোয়ুম চিরাইপা নংনচিংনা লাই পাখং ছমফুকা মাথোইমক্রা য়োইপু মেন স্নাংচিংনা লাইহুরা ছমকুমাথোই মকপু ঙাইরৈননা লাকয়েল কিসি নিংথৌ ওয়রুও। খোয়ুন মায়কৈ ঙাকপকী লাকয়েন কিসিলেনপু লাকয়েন ষশীং শুথিরে। হায়তপরা।

হে লুরাং হোংনেম নৈকোয় হোংনেমপও - নঙোস্তা হুমিং য়াইলেন চানকা থাপি শেংকোয়রেং অপানপগুং তোংচেং কায়নৌ থরায় মিচাকশিংকী মপোক লাংওন রাপু খচিকতং রাহমলক্কে পাকল লিলা নিংথৌকী চেংলৌ মিংকায় থেংশালেন রেংলোমকী মীংনহা য়াইলেনচাননা তনপা নৈমামেন শিনশুলৈনা শিনশু হৈপীকী পায়না উনকোয়লুংতা পাহনিললকলপকা হৈরাং মচা য়াননা তাওচিং মরু পাললক্লে হায়তপরা। নাওপু মপুং শ্রীরপকা মপারি লাংলেন রপিহত্রি তাউহইলেং অহনপও তৌনা কৌয়ে। লাইরেন তাওরোই নাইশুং য়োনা য়াইকা য়োইখোমথোকও তৌন কৌএ। থোমথোক নানৌপকা য়োইপরেংশুং নৈশংপাও তৌনা কৌএ।

মপারী হুমিং য়াইরেন চান তরেৎ মরা কুরুমচিঙতোন লংকী কংলা নোংলৈরাংপু কোয়না য়োহনা থৌখল্লে। হায়তপরা। শমু ওয়রোমকী মীংনহা য়ালেনচাননা য়োইপু নৈমখুপী লনলৈমকী পায়না উনকোয়লুংতা চো সিল্লপকা নাকলু ফিয়াননা খোইচিখাতা নিহুল্লরে। নাওপু মপুং ফারপকী থপি থাচ তারানিথোই

মকপু শাংলক্লে হায়তপরা। থাচ কোলোয় মমি থোক্তি লোইতাম অহনপও তৌনা কৌএ। কুপক্রেংকা থানৌলেংশুং রিঙুং য়াইও তৌনা কৌএ। থাচ তারানিথোইমা আসিশুং কংলা নোংলৈ য়াংপু কোইনা থৌখল ইরাংলরে, হাইভপরা। পাফন পিলা নিংথৌকী •রাই য়াইপিলেন অথোইপমা ক্রৌ নোংলাং পাস্তা চোংখংখিরপকা থরাইনিচাক শিতপা কানিতংপু শাওল্লকলে। চোইনৌ স্নাচিংকী চিংলেল মতোন থক্তা শোরা-চিনভুমপিকী কোঙুং য়াইতা লেংতা চিংঙুমানা লেংতনা পালবুরে, থরায় মনি লেনতিখিংলৌনিক্লা তেরকলপকা কংলা নোংলৈ য়াংকী শংথোল মাপল থক্তা শেকপিল মাপল শুপপুওইনা থৌখললিএ। তায়পং পুন্নমকপু শাফোংহক্তপনে। ক্রৌহুনিং আনতা পুংখায় লেপলিপনে। খুথক্তা মীংয়েং শানখৈরপতি ককচেংকুম থাংকৈনা উপনে হায়তপরা। লিলা থরায় মগিলেন মিরেন তরুকমক্কা থরায়, থরায় মিচাক কুনকা তরেংমকপু ওয়না খোইনৌ পীময়োল নিপালমক্তা নৌনাওরক্লে। মরু থরায়মিচাকী কোলোই মমিং থোক্তিশচিক আহনপও, থপা চৈথংলেনও তৌনা কৌএ। লিকথালেংশুং তৌনা কৌএ। চুকশেনহুপীশুং নোংথৌনাকা লেমপকা নোংথৌ ভুতালেংপও তৌনা কৌএ। নোংথৌ শমুলেংকা শমুপিশা তাওশুং তৌনা কৌএ। উফোংঙৈশু তৌনা কৌএ। আরাই সাংপকা—হুংকালেনপকা ও তৌনা কৌএ। নানপম শংকোনকা তাওছইলেংও তৌনা কৌএ। তোংচেং হুপিকা তো তা লেন লুলুকপিশুং তৌনা কৌএ। লরায় চললৈপকা হৌকালে ওশুং তৌনা কৌএ। থাপা নৈতাংকা সিনত লেংশুংয়াবা

লিকোল মোইকায়য়াংপু শাওনখিএ। থপাক লুচাও লেম্ভি মোই পুং তিংকোইশাপু ওইনা লাইচা ইরোলত্নুংতা পাইথখিরে হায়তপরা! লিলা খোইলী লীনসাংলেম খৈপিক্লা লাইচা তুরেল অচৌপা চানগুাকী তুরেল মিতন হুক্লে। শিংলি নাওতা লিশিং অমনা খোংআপিশক লিশিং আমকী তুরেনা খোংপান্তিমখিরে। লিলা মশিংখা য়ুংপেনকী কোপনি পৈলী পুমক্লা টিগুলেন আয়াম পকী চিঙপা মিতন হনখিরে। তুলাও তুনানশিংনা নাপপী হাবা ওইনা পোকখিএ। শমু মতকশাং আনেনপলা চারমক ওথখিএ। হায়তপরা! তুপি ময়েক কুনতাপাতারংমক্তি তারপং লোংশাপানকী লারেক রাহুকনপা নৈমশেন শিলতেশিলা কংনা চুচুলেমপা চিংতা শাগুপখিএ। লিলা ময়েক আয়ামংশি তারপং লোশাপানকী ময়েক—আশা—ভোশা—ময়েক মরা পুমনকপু শংলো থৌরাংপিও হায়না মারচিং আারংশোতা দমু থুংসিনরমলে। তুপি মঙান আরাপনা হিমরু রাইমরু মানক মাহৈনিংথোকা চাকলিক মরুওয় নোংথৈ মরা ওয়না চোংথোকখিরে, হায়তপরা। লীকলা পোকপী তিনকোন হুংকিনা পোনবি ঢৌচুনপা আমপু পাইথোকলক্লে। পোনপি তিনপোন হুংকিনে হায়পাকিপু চেকলাকোলোয় মমিংথোনগু উরোকও তৌনা কৌএ।

তুপি মনিং শাকি নিংশা শরকইননা কাওরেন নথোং মরী পানপা অমপু চোংথোলক্লে। নিংসা শরকহুংকিনে হায়পাকি কাওরেন মমিংথোনপু সনও তৌনা কৌএ; পাকন লিলা নিংথৌকি ইমু মরাং হৌনা চেনখোরকপাতা মারো থরোপী সলেন চিপানপী

চাকা ইরোয়ননা চো'থোক্লক্লে হায়পকী ইরোই চিপাকপী চা ও তৌনা কৌএ। মালেম লৈশেম হৌডৈতা লৈপুং কাচাকমুংকী চেক লা লৈহনপীপু পাইথোক্লক্লে সারেন চাওন মুংশুং পোনপী উচেক পুমনমক্কী পলেমপী ওয়নঙৈনে হায়পকী চেক্লা মমিংথোনপু কৌপী ও তৌনা কৌএ। হায়তপরা। নোংপোক অরিপা চিংকোয় মরী পানপনা মুমিং য়াইরং চানকা থাপী শেনকোইলেনকা শানৌ নচিল ননাওতি মুমিং অনিফাং থাপি আনী কারন চলহনকনো লেংওন লেংসীন নাইনা পাললো ও, মায়কৈ থরায় মিচাকশুং মায় কৈলেংতিননতনা থরায় আনী ফাংহনকনো, ক্রৌ নোংচালেনপু হাংতনা লৌইতাম থানিংথৌকী হৈনা মতুং ইল্লো, শচিক লাননোং তমনা থাপা লাননোংথায় ও — হায়না খোয়ুম মায়কৈ ঙাকপা চিংঙু থৌনাইরিপা খৈপিকপু খোয়ুম লাইথোং শিনখিএ হায়তপরা। চিংঙু খোংলোই পাওহল চেক্লা মকু পাংকলপনা লাইচা ইপাউ তমলুপবু খচিক্তা রাহমলক্লে। মকু কাওপীচিক্কা লুক্লা রাকৎচখিএ নত্তাইলেম ঐনা পনতোন তরেৎ কোয়না মীৎয়েং শানখৈরুপতী লাইচ ইপান নাইনা লৈঙমতেএ। তুপী চাওথোইপা লাইরেন সংথোইপা আমপু লাইচ তরংথক্তা তাইপং পুমনমকপু কোয়রপকা লিনলা মমৈতোনপু য়ারেন খোংচি মুংতাচিক্লা লৈঙমলে। মায়কৈ মথোং হাংপপু মীৎয়েং সানখৈকে হায়পকী চেক্লা ইকন হৌনা পাইথিপপু লিলা মথোং হাংনা লৈঙমতেএ। অক—য়াংখৈমঙাকী মুথক মরাক ময়ুংলেনপু'কোয়না ঙাক্লিএ।

লাইরেন মহক শাংপু য়ুথক লাখা নিপান ব্রাংঙে তুপি-মকাইলেননা ভরং পনতোলেনকী লৈরাই চাংচৌ ওয়াঙমপা মঙাএ। নতাইলেম ঐনা ব্রাহমখিএ। চেংলৌ মীংকুপ মরুমতা লিলা মৈ-রুংতোনপু হাংখোকপিয়ো তায়না ব্রাহমপপু পাকল লিলা নিংথৌনা পাওখুমলকএ। হে ! চেক্লা খোংলোয় পাওহংপও নংপু করম পং-থোইপনো তায়পং পুমননকপু মালেম লৈশেমশিল্লকপকী তুপী ঐপু কাপতু য়ারেন থানা সারা চুমমি নমলক্লে লাইরেন ইমৈ তোনপু পংনা হাংফরোইএ মকু নংতুম থুনা হলরাইখিরো হায়না থৌখাম ঙমলপকী পোমপী ঐশুং চেক্লা আনম তাম্না তুপী মথক লাম্না লাইরেন মথক কানকে হায়পকী চেক্লা ইকনহৌ পোমপী ইখিন নাইনা পাইখৎখিপপু তুপী মরাইলোং লিলা মশেক ফননা তাংহৎল ক্লে। মকু ঐশু ত্রৌ নোংপু ফংনা পাইখৎলপতা লিলা মঙকতিং তুপি মথা ফাক্লা তামৎৎলক্লপকা পায়মা মনিং শাকি নিংশা শরৈ ইননাচিংশিনখিরপকী লিলা পায়মা উনকোয়লুংতা ব্রাইথূং-লুপপু ভায়পং নোংশা পানকুমনা চাওথোই ঙমলে। নতাইলেন ঐশু চেক্লা ইশাথুপ পোমপী ইয়া চিক্লা চিননা তুনা পনথেংপিপপু লিলা পুমনা নাচুংথতনা মতম কয়া কুইশিল্লক্লে। চেক্লা ইপুক আনোনপপু নত্তনা থৌরম পাংঙমলো ইএ। হায়পকী লিলা থাপাক ভানফমলেনপু তাম্না চেনখৎখিরা পকা থৌরা তোংতম চাকয়োৎ লনতা ব্রাহমলুইএ।

হে ! পাকল লিলা নিংথৌও নকু ঐপু চারপকা লাইরেন নপুক কয়াপুথনকপনো। পোমপা ঐশু চেক্লা পংনা পাইপপু নত্তেএ। চিংঙু খোংলোই পাওচলহেক্লে চেক্লা থরায় হান্না নোংমল্লপতি লাইচ

ইরেন পুং অসিকী তরং ইপাও তমপু চিংঙু স্না মখোং খাত্তা খোয়ুম কনানা পাওহলপিরুকপনো চিংঙু মখোংলোয় পাওহল চেকশুং মাংলঙৈনে হায়না রাক্নমলপকা পাফল নিংথৌনা রাহুমলকয়ে। হে! মকু নরাংপা নংপু লিলা ঐতি লৈরোল নোংলোন সরোন তরামরিপু পূরিপা ঐহাক্কে চেকলা নংপু করমনা শাঋংতপনো হাওরৈ নোংচুপ লমতি লিলা য়াংপী ইনম থুপনা মালেম লৈতাই শিল্লরুপনে। মায়কৈ আতুলমতা চেক্লা নংপু পাইচখিরো লাইচ ইরম তরেৎমক্কী ইমু মত্তৌক্না চিংঙু য়াইপিলেনসিতপতা লাইচ ইপাও তমলুও তুপী মকায়লেন্ন লৈরায় মুংপালেন্ন, মালেম লৈ খালোন তরুকমক্তা কোয়রিপশুং লাইরেন ইহকশাংনে ক্রৌ নোংলোন তরেৎমক্তা কোয়রিপশুং তুপী ইহকশাংনে ময়াই থোইরেন্তা কোইরিপশুং লাইরেন ইহকশাংনে, চিংঙু থক্তা খললিপশুং পফল ঐহাকনে।

মালেম লৈশেমলিপা চোইনৌ নোংলাংপান লুপা চুতানপা—খোয়ুম আশিপা পাফল থোইমরু ঐকী শামু ইহকশাং অরেপপনে, লাইরেন ইহকশাংপু শাফোংলিঙৈতি, তুপী ইথক লাননা লিলা ইমিরেনপু কানফরোইএ। হায়না তুপী মতাই খোংচি মতাই কাংনা নতাইলেন ঐহাকপু থাত্তোকপিরপকী মকু থল্লায় হিংলকএ।

নোংচুপ মায়কৈ লমতা পাইথৎখিপপু লিলা য়াংপী মনম থুপনা মালেম লৈশেমঙমলে। লাইচ ঈপাকথক্তা মুথক লাখা আমপু পাইথৎলপকা লাইচ ইরাংমা লমতি থুমলেন আমৌপনা চেললিএ মতিক থোইনা য়াকয়ে। ইমুমরোন আমতি তাওজিং হৈকুমনা

শিললে। ইমু মরোন আমতি লাইচা আখাপনে ; লাইচা মথল আমতি লাইচা থোয়না ফকএ। লাইচা মথল আমতি খোয়রাং হৈকুমনা থুমখোয়না চেললিপনে। খোমলাং লাইচা ইরিক লাইতি নমুপোংলৈকোন তায়পং ইথোয়পু থেননা চেন্নলিপনে। আরাং লৈনা পাংনা পাইখৎথিরপকা চোইনৌ স্না চিংলেন রাংখোইপা আমপূ লৈরমলে। চিংলেন মতোল লোমনা মিৎয়েং শানখৈরকে হায়পকী পোমপী ইরাংহৌ চেক্লা ইথিন নাইনা পাঙ্গখৎখিপপু ক্রৌ নোংনিংথৌনা হে! মকু নংপু লাও ও লাওও হায়না পাও-কৌ ঙমলপকী নতাইলেম ঐশুং খোয়ুম মখোং থাপু তাননা পাইশিন খিরে চেক্লা ঐকী য়াংলেন তোংয়ান শিৎনা রাহমলকয়ে! চিং-লেন স্নচিং আসিকী চিংলেন মতোল লোমনা পাঙ্গঙমলোইএ।

কোহংকো চক আহানপকী কুমশীং মতমপু শুচিললকলে। চিংঙু মপুলেনপু তানফংলুতারিঙৈনে। চেক্লা নংপু থুনা হলরায় খিরো। তাওচিং হৈরাং থুমখোয়পপু পুকমেন পানা হাপনা য়ান চানঙমলে। নতাইলেম ঐশুং খিংলৌনিক্লা তেনা হলরায়রকপপু লিলা য়াংপী মনম থুপনা লৈশেমঙমলে। নোংলেন খানা পাংপা লমতা ইতানখিপপু য়ুথক লিশিং আমকী মালেম লৈথুং লৌনা লোয়হৌরে হায়না চিংঙু মখোং খাতা লাইচা ঈপাও তমলপকা চিংঙু মপুরেননা মকু ঐপু য়াংলেন তোংয়ান শিৎনা থৌচানপী-ঙমএ হায়তপরা।

আশায়ঙৈকী খোয়ুম মপারী অসিপনা মালেম লৈশেমপপু মশানৌ লৈরাং আতোনপনা মশাপিকী শামপা পাংকল মতীক

খঙকে হায়রপকী পরিং খোইরালাক মীয়ু উলেপনিক্লা মালেম লৈথিনকায়রে মশাপী লাংলেন রাপিহনঙং লাপা মরাং হৌতমপা মথিন নাইনা মালেম লৈহৌখিএ।

মশানৌ কোনশীনভীং থোকপগুং য়ুথক লাখা আমকী লৈপাক লৈফমলেনপু পরিং লাংশংনিক্লা থুকায়রপকী মশাবী খোয়ুম আসিপতি মালেম লৈশেম্ ঙমতরপকী মপল স্না মখোং খাতা ইতানখিরপকা রাকৎখিএ। মীৎফম চেৎনা শমু থাংচপননা হে! ইপুংঙো চিংঙু সিতপও চিংঙু নয়াথংপু ইন্না মালেম লৈশেমচপপু ইশানৌ লৈরাং আতোনপনা পরিং লাংশং লাক্লা মালেম লৈখীন কাইরপকী লৈপাক লৈরোইঙমতরে।

ইপন স্না নথৌচান্না ইশানৌ লৈরাং আতোনপা আসিপু মতৌ থৌরম করম তৌনা থৌখামপিকপনো? হায়পা রাকৎ খোনকী তুংইন্না মপল কুরুমশিতপনা রাহমলকএ, হে! ইপারী লাংলেন রাপিহলও নংতুম খিনতনা মালেম লৈরোয়শিল্লু ও হায়না চিংঙু কোলোই পাওতাকপীরপকী মপারী খোয়ুম আসিপতি মপল পনথৌপু ফুপাক লৈতাইনা পুরুমলপকা মালেম য়িমফম লেনপু ইতানখিরে হায়তপরা। মপল কুরুম সিতপকী স্না রাখল লেন্না মপারী আতোনপকী থরায় শি ময়োলপু ক্রো নোংলাং পান্থা থাংকৎলপকী পুক্লিং ময়ুং শিন্না আরাং নোংলৈথক্তা মীৎরেং তেম পালথানা হারাও জোইতাওনপকী মতুংকুপচুং শরাংখোংলোই হমাং লোকলিচেল কোংকোই মীৎশাও ওঙ্গনা পিরেন লাইচ ইচেলথরকলপকী চীংকোয় মরন ঈ লাইচ তুরেলংকপু শাওল্লক্লে

হায়পকী চীংকোয় মরল ঈ পিরেন চেনথখোংও তৌনা মিংথোক লোরে হায়তপরা। চিংঙ্ অতোনপতী চেংলৌ মীৎয়েং থৌনা হুংঙাই কুমহৈ য়েংপতা মারাও পুক্লিং তুমলপকী লৈপাক লৈথিন কায়পপু পুক্লিং থৌকাওলিঙৈতা মশাপী খোয়ুম আসিপগুং লৈপাক লৈগুম শুংনা মালেম লৈশেম লৈলোয়শীনখ্রে।

মশানৌ-কানচিল তিংথোকপতী ক্রৌ নোংলানপানকী থরায় মমিলেনপু হকশাং য়িমলেনপুংতা মিরেন তিনশীগ্নরকলপকী উনপী পুক্লিং লাইনীং শিংলকপকী উনৌপরীং লাংশংলাক্লপকা মিয় উরোংহুক্লা নিংতমপপু কাপতু চইরেন থানা সরা চুম্মী নমলকলপকী মালেম লৈথীংকায় খোয়তারকলপতা খোয়ুম আসিপতি ইপল মথৌচানপু করম তানফংম্নিপনৌ ওনথোকএ

চিংঙ্ আসিপনা চিংনা খোয়ুম লাইপুংথৌ য়োইপু লাই হুরা পুমনমকগু খিংলে নিক্লা তেনা হলরায়রক্লে। খোয়ুম লাই পাখং লাইহুরা পুম্নমকগুং মালেম লৈশেম থৌকী লৈরী নো ভাই রাপু আশৈ তেরায়রক্লে অনিলেংফাইচম্না মালেম লৈতা কুমথহল্লপকা কাওরেন মগপু শানা থেংকু নমপোন শারক্লে। পুপাক তাপুল থুনা ওকুই মীলোন শৈপু শক্লক্লে। মালেম লৈমায় শীংগা হুহী লাইচ থুমখোয়পপু তারা মচিনচাক ওয়নরক্লে। য়াংলৌ লমতাং ইন্না লৈপাক লমচেননপপ্ হরাও তোইতাওনংরক্লে মপল ম্না মখোং খাতা রাইথুংলরে হায়তপরা।

মপারী লাংলেন রাগিহলগু মথুৎ থুৎফাং চেৎনা লোননা শামুগাংচপননা মালেম লৈশেম পাওপ্ পাওতম্নচখিএ। হে!

ইপল কুরুমসিতপ ও নপারী ঐনা মালেম লৈশেমলে, ক্রো আ· রাংপশুং রাংপা মরোন তৈনা সাশেমলে, থমলৈকোনপু হান্না হৌরক্লে। লৈখাকোল পাকথোইপশুং মানথককোন হুংঙাইপকা মালৈকোন নিংথিপশুং লৈলুং কোনচিক থোইপকা খুমন কোলেন য়াইকা সরায় মিথুলোনপূ শাশেমলুরে, নমুপোং লৈকোন আসিতি অক·চামঙাকা য়াংখৈকী য়ুথক মকোয়লেনপু কোয় না মালে লৈসিপপু লোয়লংলে। মালেম লৈখালোন তরুক মকী মালেম লৈখোইলেন তরুকমত্তা কংলা নোংলৈয়াংকী মেললাং তরেৎ শুনা থোনকৎ লমলে হে! ইপল ইপুংঙো তাপিয়ু ও হিমরু য়াই লংচানকী কংলা থোলাংমৈও তৌনা থোল্লমলে। থোলাং মৈও কৌ পতি কতৌনোংকীনো? পাফল লিলা নিংথৌকী লিলা মৈরুংতোন আকুইপপু হৌরায় থাংপাক মরিকুম মালেম লৈখালোন তরুকম কপু চৎথিরপক শুনা লংলোখনকুম লংলা পুমথাং লোনলক্লপকা, লিলা মমৈতোনপু থিংলৌনিক্লা তেনা কংলা নোংলৈয়াং আসিতা রাইথুংলরে, থৌরম আসিকীপূ নপারী ঐনা কংলা থোলাংমৈরোন লৈচাও তৌনা কোরমলে। কংলাও কৌপতি তাংচ লুরেন তোনকা থমচেৎ তোনানং থোকুম চোংথৎখীরপকা ক্রো নোংলোন তরেৎ মকপু য়েৎত্তুম পুমথাং লোনকুম পরিং কারন লাক্লপকী কোলোই মমিংথোনপু শিকলা লাইচথোপা নোংতোন থোংকাও কনপও তৌনা মিংথোল্লমলপকা,পাফল লুরেন তোনপু নমুপোং লৈকোন আসিতা থিংলৌ নিক্লা তেরকলপতা তুপি মমৈতোনপু শারেনচিক্লা রাইথুংলরে হায়পকী তাংচলুরেনতোনপু কংও তৌনা কৌএ।

কংচৈতপলা মাচি চিলেন লাংয়েন ভোননে আমনা ভুপি মখোয়লেন্নে থিনফম মরীমক আসিকী খোইরাকুমনা মরিথাং তিং কোই কুমনা মতালাম নপারী ঐনা শাশেমলমলে। হে! ইপল কুরুমসিতপও নম্ পোংলৈকোন আসিতি অক চামঙা য়াংথৈকী য়ুথক মকোয়লেননে, আরাং নোংনিংথৌকী ক্রৌ নোংলৈপাক ফংনা অক চামঙা য়াংথৈকী য়ুথক ময়ুং রাংনা লৈপাক শাশেম লমলে। ময়ুং মফৈ হেন্নতনা পাপোৎ চাংমী লাককুম শোইনতনা নোংতমলমলে। মালেম লৈথারোন তরেৎমক আসিকা পরিং লাং শং পুন্নমকতুং স্না য়াইকোনমুং আসিতা শুপনা চিংশিল্লমলে হায় পকী ময়াই শুপতোংপানও তৌনা মিংথোল্লমলে হায়না মখুৎ খুৎ ফাং চেপনা লোন্না রাকৎচরপকা, চিংঙু পোক্লেন পোকপা সিত পনা মপারীপু স্না ফাস্তেং থানা ফমহল্লপকা য়া লেন তোংয়ান শিৎনা রাহমলকএ।

হে! পারী লাংলেন রাপিহনও নংকী নতিক লাইচ ইরেন পুংকুমপা আসিতি নতিক ফিথৈফংনা শানখং ঙমলোইয়ে। হায়না শিংথাপিথিএ ক্রৌ নোংপুম নোংমা হুমিৎমতা মপল চিংঙু পোক লেন পোকপনা রাহমলকএ হে! ইপারী নিংথীপা আনিমক হৌ চিক্তি চিংঙু নচিল ননাও আনিমক চাওপা লেপতম ফারে শাংপ লেপুম ফারে। হৌচিক্তি লৌশীং পুক্লিং য়েংলকে। হুমিৎ, থা, থৌরায় মিচাক, খোংচোম হুপী, ক্রৌ মালেম আনিমক চিংঙু নচিল ননাওনা চিংনা খোয়ুম পুন্নমক আসি থৈপিকপু মফম কতাইতকী লাকপনো? হায়না কোলোই পাওমেল্লকলে। চিংঙু

মচিল মনাও অনিমক উনপি পুক্লিং আঙকচংলে। উনগী শেলোং নিক্লে তিংলী রাকোংপপু উমখিতে তাংচ মায়াই লুক্লা শমুখোংপী অনিমকপু মালেম লৈতা তক্লা থাংলপকী মপল পোকলেন পোকপনা মপারি নিংখিপা আনিমকপু মিৎয়েং তেমপাল থানা খোইরুম মোমোন নোকনা রায়েন শিনথাপিখিএ ।।

হেঃ ইপারি লাংলেন আনিমক হৌজিক্তি নংকী নংকী নশকপু থৌরম থৌশক খংলুরো—চিংঙু নচিল মনাও অনিমক ক্রৌ নোংখোং কোইপপু তেনশিংনক্লও হাইনা য়াথং পাও-তাকপিরে, ক্রৌ নোংখোং আথাপপা অসিপু তরেৎ লককোইরপকা নপল, ঐকী শমুমাংতা থানা হাননা রাইগুংলরপতা কংলাঃ ক্ষম পাললাং অসিপু শমু খৎশিন নরমলকে, হাইনা পাওমেললকলে।

মপল য়াথং লুতা থোংনা ক্রৌ নোংখোং কোইপপু থোং-শাললকে হাইপাকী মশানৌ মচিল মনাও অনিমক মপল পোক-লেন পোকপপু ফুপাক লৈতাইনা খুরমলমলপকা মপারি খোয়ুম আসিপতি পলেম মমা লৈমলেলপিপু ইতানখিরপকা শমু থাং-চপ্পনা রাকৎচখিএ। পলেম লৈমাথুপী য়োইপু লনলৈমনা মপারিকী য়াংলেন তোয়ানশিংনা শমলাং তোনকা নাননা পাওমেলক্লে ।। হে-পারি ইপুংঙো লাংলেন রাপিহলও, নপল কুরুম শিতপকী শমু খোংপী অনিমকপু মিৎয়েংতেমপান থানা থম্মোই কিসিনৌও চিংঙু নোংতমপনা পারি নংপু পাংকল তেংপাংপিঙনে। হাইনা কোলোই পাওতাকপিরে !

মপল পলেম মমা পোকমপিকী থৌচাল লনকুপিরপতা

মপারি খোয়ুম আশিপতি ক্রো নোংখোং কোইকে হাইপকী শমু খোংশালখিরে ।।

মশানৌ লৈরাং আতোলপশুং পলেম মামা লৈমা শিনশুহৈপী শিপলৈমপু ইতানখিরপকা শমু মখুৎ খুফাং চেপনা লোননা পাওতমচখিএ । হে পলেম পোকমপিও, নপারি ঐকা ইশাপি খোয়ুম আসিপকা ইপিঙাপু ক্রো নোংখোং কোইপপু তেলশিংনরুও হাইনা ইপল পন্থোকী য়াথং পাওতাকপিরে,, খৌরম অসিকিপু পলেম স্না নখোং খাতা রাইথুংচরপনে ।

ইপল স্না মখোং খাপু হাননা রাইথুংলরপতা চোইনৌ স্না মেলাংচান ফালখোং অসিপু শমু খুৎশিননরমলকে হাইনা পাও-মেললপকী পলেম স্না নখোং খাতা পুরুমচরপনে ।।

মপারি লৈরাং আতোনপকী রাকৎ খোনপুতারতা রোইপু শিনশুলৈমা হুমপু—নারেংশুপা মুকমুলৈতোন তোনপিনা রাহম লকএ। হে ইপারি নিংথিপা নংপু ক্রো নোংখোং আথাপপা কোইপনা কতৌনকপনো ? নপন শ্না মখোং খাকা চিরেল লাং য়েলথক্তা লুকোক চিরৈ তোংনা পাফল স্না মেলাংচানকী ফাল খোং নিপাল মকতুম কোইপনা ক্রো নোংখোং কোইপপু হেন-থোইরিপনে। চোইনৌ স্না মেলাংচানকী ফালখোং নিপালমা আসিপু শারেন য়েংওইননা তরেৎলক কোইরপকা নপারি ঐপু ক্রো নোংখোং কোইরুপকী ইপল স্না নখোং খাতা রাইথুংলরে হাইনা নখুৎ খুৎফাং লোননা পাওতমচও হাইনা পাওতাকপিরপকী ।

পলেম পাওতাক খোনকী তুংইননা মশাপী খো অসি য়ুম

পকী হৈনা মতুং ইননা ক্রো নোংখোং আথাপপতি কোইরু-
তরে! পলেম মমা লৈমালেনপীকী শম্ খোংপী অনিমকপু
পাইনা পুনেমলপকা চোইনৌ স্না মেলাংচান ফালখোংপু তরেং-
লক কোইরপকা ফুপা লৈতাইনা শম্ মহাকশাংকী ফমপী নিপান
মকপু শোক্না পুরুমচরপকা হে-ইপল ইপুংঙো নপারি ঐপু ক্রো নোং
খোংকো রুপকী ইপল স্না নখোং খাতা রাইথ্ংলরে চিংঙ্ য়াইপি
রেন শিতপা কসা য়াইনিংখৌও হাইনা পাওকৎচরপতা—থৌচাল
থোইপা চিংঙ্না মপারিকা তিংঙি রাফোংনাকপু তাননা কুমথ
পিরপকা শয়েং পানপুলাক ঙকথি লুমাং কোননা হৌকৎপিরপকা
ফৈরা তাস্থা থোংনা খচাই লেংওল চুপনা রাহমখিএ।

হে ইপারি লৈরাং আতানপও রানাও কোম্বে কোননা
চনপা চুইয়াই লিকল্ আথেংঙা নংপু নপল ঐকী ইতিক ঙমখৈ
নাইতপপূ করম শানথং ঙমপনো।

কোইলোই নমিংথৌনপু পারি পাখং য়োইলেমপা হাইনা
মিংথোনপিরম্লপকা ফৈরা তাস্থা পম খচাই লেংওনচ্পনা স্না
মেলাংচাস্থা থাংকৎপিরপকা পাওমেল্লক্লে।

নপল ঐদি কোহংকো [চক] আহানপকী চহি কুমশিং
শুচিলর্লক্লে। আরাং নোংমতোনকী থোইমরু য়াইকোনহুংপু
মতম্ কয়া কুইনা হাংলরিবৈনে রারম আশুম্না হাইনরিবৈতা?

থোয়্ম নোংপোক চিংকোই মরি পানপনা হীঃ মরু য়াই-
রংচানকী তুম্নাই শংথোল মাপল শুপপু ঙাইরৈননা আরাং
নোংনিংথৌকা লেইননা য়াংনা রাইথ্ংলরে। থোয়্ম আচিপা

শমলাং তাপুন্নপা--চিংখৈরাইফুনিংথো, থাংচিং লাইমরু, শন থোং য়োইমোইনিংখৌ, খমহুং লাইনিংথৌন চিংনা রাইথুংলপতা রাংপুরেন থানাচাওপশুং কংলা নো লৈয়াংকী ইলুম পাক লোই থাতা রাইথুংলরে। মালং হুংশিং নিংথৌ নোংলাইনিংথৌ আহেন পনচিংবা খোইয়ুম মাইকৈ ঙাকপা লাই পুন্নমকশুং রাইথুংলব পতা নোংপোক আরিপা চিংকোই মরি পানপনা মথুং থুংফাং চেপনা লোননা শমু থাংচপননা রাকৎচখিএ।

হে ইপুংঙো চিংঙু য়াইপিরেন মক্তপও তাপিয়ুও নিংঙু স্না নফমলেন খোইমরু য়াইকানহুংকী মরান ফমপী ওইবিবা খোয়ুম পুন্নমকপু থৌতু হুংকি লৈবাং মতম কুমনা য়ান্না খোন নাই ঙমতপকি লৌশিং পুক্লিং মকনা হুংথোইনরে চিংঙু স্না নফমলেনবু তাননা ইতানপিরো। মালেম লৈশেমপশু লৈপাক মপুং ফারে হাইপকী লৈপাক মনিং খোনপু ফাঃ কৌই ফা মপুং ফারে,, কোরৌ নোংমতোনশু তোংচেং কাইনৌ থারাই মিচাকশুং তোংচেংকুমনা পানলক্লে হাইপকী কুংকৌই, ফা—কুং আনিমক কাকুপ মপুং ফারে চিংঙু য়াইপিরেন মাংকতপা নংপু ক্রো নোংকা থৌপুথিনপিরকনো।

রারম অসি তারপতা চিংঙু য়াইপিরেন শিতপনা রাহম লকএ, খোয়ুম চিংকোই মরিপানপা নংশু, ইপারি শমলাং তাপুন্নপা পারি নপিঙানাচিংনা খোয়ুম নখোয় পুন্নমক্লা ইপারী লৈরাং আতোনপা অসিপু লোকলো কোননা নাওয়োকপিরকউও—ইপারি লাংলেন রাপিহল খোয়ুম আসিপশু ক্রো নোংখোং কোইখিপকী

চেংলৌ শকপু উঙমতরে, পারি। মুংশি পুক্নিং চংপপু খোয়ুম নখোইনা ইপারিকী লুংশি পুক্নিং ফানা কোকননাপু পাওখেম্পিও।

আরাং চিংমক্ক লুপা থোইপচিং হীঃ মরুয়াইতরং তমপা তেমথেংগিং চিংলেন নাপোম তরেৎ তিননা ফুরিৎ শুমচিল লাক কুমপতা ইপারি লাংলেন রাশিহনকী খোয়ুম ফমপিলেনপু ওইহল্লো লোইশীচিংতা পাললিপা খৈপিকপু মকুম কুনকাওতা থাবী থাকাওতানা মেলেলোন মখুনথোন খুনেথোন লুচানপপু ওইনা মশানৌ পাখং য়োইরেমপা আসিতা থৌচাল লীতিন নহল্লো।

মতৌ মওং আশুম্না পাওতাকপিননলপকা, লুহুপ য়াইরংচান ফুরিৎ মতুবা লীরং মখুৎশু তেনপা য়াইওইপা খোয়ালেন তুমকলতেন লাইচ ইপুতেন নোংলেন ইকৌতেন খামপি মরাং হৌপতেন মালং মখিল নাইপতেন তেনপা য়াওইপা খৈপিকপু লনকুপিরমলে।

থাচা কোংকাই শাপা তেন, তেনপী কেংাকোন শাপা তেন কাপলা চিনাইপা মালেম নৈশেন থাং ত্রে নোংহৌথাং খোয়ুম পুন্নমক্না ফংওমত্রপা থাংলেন যাইওইপা তরং থাংকোই য়াংপা আসিখিখিপিকপু মপারি থৌচাল থোইপকা শমু খুৎতা থুম্না লনকুপিরমলে হাইতপরা।

বপারি অনিমকপু থৌচানলীতান মান্নতপা উপতা লুরাং হোংনেম নৈকোইপনা পাও হংখিএ। হে ইপল ইপুংঙো কসা য়াইনিংথৌও তাপিযুও নপারি খোয়ুম আসিপতি থৌরম করিকী থৌচাল লমুক্রপনো।

নপারি লৈরাং অতোনপাপুতি—করিগী থোচাল মহুং চনপনো হাইনা রাকংচরকপতা। মঙাং কোলোই ময়াথংপু পাওথুম পিরকলে হে পারি লুরাং লৈকোইপাও নহাক্না ঐকী শমু ঐহাক শাংনে–ঐহাক্না থারাইনে থৌরম অসি লৈপনা মহুং মপান নাইপনে, শমু ইহকশাং অফোংপনা লাংওনপা ইপারি আসিপনে—থ রাই য়াইপিবেন মক্তপনা লাংওনপা স্না কোনশিন তুথোকপনে। থৌরম আসি লৈপনা থোচাল লিতিল মাননা তপলে।

আসিনশু মতোমতে আরাং কৌপরু লুপা—থোইপাচিংকা লোইরেন থুনপিবোক স্না লংপচিং আসিকশু মতিক ফমপী মাননা তপনে। লোইরেন থুনপিরোক স্না লংপচিং আসিতি লাইফম পুমনমক্তকী বোনথাং রাংক থোংকুমপা গুপ্না থোইপা পামপী লেনফুলেলানে, চিংগু কুরুম পিতপকী ফমপী রেননে হাইপকী ময়াই থেংকুরুমচিং হাইনশু কৌপনে।

তাইপং নোংশাপাংকা মালেম থক্তা থৈরিবা লোইপী চি লেন রাংথোইপা খৈপিক্তকী শ্না লংপাচিং কংলা; পুংমায়োল আসিনা শমু থুংতুপ, তরেং থোইনা রাংলিপনে। থৌরম আসি লৈপনা ইপারি আসিপনা শমু ইহকশাংকী মশক ওইবা ক্রো নোংথোংপু তবেৎলক কেংহখিপনে মশানা মশাকী থৌরমপু পাংথোকপনে।

চিংগু কুরুম শিতপকি কোলোই ময়াথংপু তারপতা লুরাং হোংনেম লৈকোইপকী উনপী পুক্লিং মমপপু আঙান মিকপ ফাওখিএ। তাতু মতুংতা চিংগু থোয়ুম সিতপনা রাহমলকএ।

হে ইপারি চিনকোই মরি পানপও নংকী চহি কুমশিং রাচুমপতি চহি লিশিং তারাকা নিথোইনা আহিং থুংথিল অমকী ক্রো নোংপুম অমপু ওইনৌও। খোয়ুম মালংগুন ওইপা নংকী চহি কুশিং রাচুমপতি চা, তারাকা নিথোইনা আহিং থুংথিল অমকী ক্রো নোংপুম অমতপু ওইনৌও।

ইপারি আরাং লোংনিংথৌ নংতি লোইতাম থাচ তরাকা নিথোইনা অহিং থুংথিল অমকী ক্রো নোংপুম অমপু ওইনৌও।

ইপারি খোয়ুম চিরাইপা নোংতমপা নংতি থরাই পূমনমকী লাইপক খেলাইথোংতা মুকমৈ নারিনশোন—শিংতুম নিংকোই থোনা য়েকপিরমলপকা অপক, মহে—অনিমকপু রায়েল কারল-চলহলকনো হাইনা মথং মথং থৌরম থৌতোন লোম্না নোংতম পিরমলপকা।

তুলাই শংথোল মপল শুপা হীমরু য়াইরংচানকী তুলাই থুক্তাচিংচু মনিং তম্না তোংথৎলপকা—পাফল লিলাঃ নিংথৌশু চেংলৌ মিকুপ মরুমতা য়াংনা ফাওরকলপকা লিলি মশেকলিশীং অমনা চিংচু থক্তা খনলরে।

তমপা নৈমাখুবী য়োইপু লননৈমনা রাহমলকএ ইপারি খোয়ুম আসিপপু পলেম মমা ঐকা চেংলৌ শকপু উঙমতরে—পারিনা ক্রো নোংখোং কোইথিপকী থিংলৌ নিক্না তেনা মরাল য়াইতা হলরাইরকলপতা মপল পলেম মমা ঐপু চেংলৌ শকপু উঙমতপকী পারিনা থুংশিপুক্রিং কাইনা মীকপ লৈঙনে। খোয়ুম নখোইনা ইপারিকী থুংশি পুক্রিং ফানা পাওথেমবপিও—আশুম্না

হাইরমলপকা মাপারি লা লেন রাপিহল খোয়ুম আসিকপু ভেংখানা মীকপখিএ। আতু নোংকীপু তমপা মীকুপপুং হাইনা অমা তৈনা খোললমলে পুংলেন আতুনা ইভা কুমখায়না—ইভেল কুমতমনরিএ।

চিংঙু সিতপনা নশানো নৈমবেল সিতপীপু ফৈরাতাম্না পামনা পাওখেমখীএ। হে-ইশানো নৈবাং আতোনপীও ইপাবি মীরাইপা ইমোম চান্দপপু নত্তেএ। তয়েং নমু পোং ভারকলপকা শাকৈ শাল্লাই হনপপু ওইনা ইরাংশিনো হাইপকী খোরম আথু পম্মা চিংঙু ঐনা শংলো খৌরাংচপপু ইশানো নংনা পুক্লীংশানগ পী-তনা করিরাওই লোপনো ? হাইনা পাওখেমখিএ! আতুনোং-কীপু চীংঙু পাওখেমপুং পুংলেল আমা তৈনা খোললমলে পুংলেল আতুনা লুংখীল আঙানপা হাইনা নোংতম নবীএ।

আতুকী ভুংতা খোয়ুম আসীপকী শমু ওইরোয় থাপী তমপা য়াইখুলেমপিনা পীরেন খকমতনা রাওই লোএ। মমোম য়াইখুরেমপীকী লুংশি পুক্লীং মতৌকাপলৈ ভাপপু মীংয়েংশান খৈরপকী তমপা শাফোংহৈতপীতা থামপী মরাই লাক্লুন চোং-খোকলপকা মমোম য়াইখুলেমপিপু ফৈরা তান্তা পান্না খচাই লেংওল চুপনা শমলাং তোনকা নামনা পাওখেমখীএ। হে ইমোম লুংচানপী নংপু উনগী পুক্লীং তপও—নশাপী খোয়ুম আসিপতী নৈরোন লুংলোন মলোন তরামরীমকপু পারীকী কোক্তা খোংনা পুরি পনা নপল ঐকী নোংকাথৌ আসীতা চেংলো শকপু উনহৈতেএ, মালেম নৈখোং নীকভৈনে। হাইপকী পমপাল

খাপ্পা চলান থোক্লপনে, হয়েং শাকৈ শালাই পুন্নমকপু ইপারিকী শমুখুৎতা থুমগা নোংতমপিরৈঙেনে। মশানৌ পাথং য়োইরেমপা অসিতি নমুপোং ওইপকীতী লৈখিসিনোঃ চিংঙু খোয়ুম পুন্নমকী থরাই য়াইপিরেন কসা য়াইনিংঙৌ মক্তপা মহাক্নে।

পারি খোয়ুম অসিপা মহাক্না মশানৌ পাখং য়োইরেনপকী শ্না মখোং খাতা থরাই লাননা থৌরমকীতমকপু ক্রো লনশারৈঙেনে। তাইপং থরাই পানপা খৈপিক্কী থরাই পুন্নমকপু লামপিরকতপা ইমোম্ নংকী নথংলেননে। রারম অসি থংনা ইমোম নংপু উনপী পুক্নিং তপাও, হাইনা পাওথোমলগলে হাইপকী খোম লেন লৈমা পাওথেমপুং পুংলেনআমা তৈনা থনমলে হাইপকী মিং য়েংনাওকুমপা খোমলেন তুমকনপী, চেংলৌ মীকপ থোকপা অসি খৈপিকপু পুংলেন আমা তৈনা থনমপনা ওসি ফাওমা তুংশি মিৎয়েং য়েংপা, তুমনিংপা থংনরিপনে।

তমপা লৈমরেন শিতপিতা মপারি পাথং য়োইরেনপনা মইহ লননিখি। পাইমা নিংশা থিংকামননা থৌচাল লমকুপিরমলে। হাইপকী নিংশা থিংকামপুং ওঃ পুংলেন আমা লৌনা থনমপনা তাইপং থরাই পানপা খৈপিকপু থরাই মিহুনলরিপনে।

পুংলেন মরিমা মতিক পান্তম লৈতপা শিংথাতুনা লোইঙম তপপু লৈখিসিনো।

চিংঙু নোংকাখোপু থে তোন লোমলক্কসপকী চিঙু য়াইপিরেন শিতপনা রাহমলকএ। হে মীমকু পুনশিপা উরোক লৌশিংপা ইপারি নখোই অনিনা ইপারি পাথং য়োইরেমপা আশিপু

লোক লৌকোননা নাওয়োকপিরকও। ময়েং নমুপোং শেম্লাইতমকী হয়িঃ চক আহানপা চংলকলপকা চেকলা নখোই অনিনা চিংঙ্ ঈফমজেনপু তান্না পুখৎপিরকউ হায়না পাওবেললপকা চিংঙ্ য়াইপিরেন শিত্তপতি লাপা নোংলৈফমকী মিরেন য়াইকারকপু ইননা আরাং নোংলৈপাকী খোইমরু য়াইকোনহুংপু ইতানখিরে।

চিংঙ্ য়াইপিরেন শিত্তপনা চহি কুমশিং লাখা তরানিপালকা লিশিং নিপাল চানিপাল চ্পনা কোহংকো অহানপপু হৌতোল্লা শাননারমলে। ১৮৮৮০০।

## [অনিশুবা তাঙ্কক]

খোইহংকো চক্তা পাগং যোইবেনপনা কংলাঃ পোন তারেংমকী খোলাং মৈত্রা খোয়ুম পুমনমকী লাইনিংফম ওইনৈএ। মশানৌ য়াইথুতোন য়াইস্নাপু শনু ওইরোম থাইএ। খোইনৌ মতা নিপালকা কংলাঃ শাংলেন হুংতা পাওশা তোইতাওনপতি ইজবনা পনতোন লোমঙমলোইএ। তরু-তরুবী মতানিপালমকী ফীশেৎ লৈতেংক্রি চিলফা লাংফী শেৎলে। শহ্নিং তোংলৈ তরেং য়েংপতা তোংকানপী লুতু তাপা ফচপিশিংতি শমচিহ্নক তুংথাংনৈ, থপাক ভাইশোমনৈ, লিকশিপরেং হেল্লে। খুতোন খুতং কোলোই খুসি মনিননাইনা, লৈতেং মশিং রাৎতনা খোয়ুম পুমনমকী য়াইফ মথোই কানরী। চোইনৌ ম্না মৈথাং কোননা লিকলো খাংলী খাংনপনৈ। খোইনৌ লৈয়োল লাংকুম তনৌপী মতারোইশিংকী

চেংলৌ শকথোং থাপতি কনানা হাঙমলোইএ। স্না য়াইকোন স্নুং আসিতা তাইপং পুমনমকী থরাই য়াইপিরেন মঙাকা মিরেন তরুকমক পুক্লিং তোনলিংথৌ তরেংমক মিরেন য়াইকারক থোংলেন তরুকশুনা নোংতমপিরমলে

মাকী মাকী থোংলেন মপানপপু থেংচি নাতৈ লানহৈতে। শিংলেন লৈরোং মতিক কনপপু শিংলেন লৈহেক লানহৈতে। স্নুমিৎ চয়োল তরেংমক স্নুমিৎ খুকম হোংকরোই। থাচ তরানি থোইমক থাপি কারন চংফতে

চরৈনফী শেংতি পাইমা শিনয়োম স্নুংকী পুচরকপা হেননা শেংফতে। স্না য়াইকোনস্নুংকী খোয়ুম লাইনিং মরনপুং লাইচইরেন পুংকুমপা শুপ্না থোইপা পামপী লেমফুলেননে হাইপপু কাওফরোইতপনে।

খোইনৌ মতানিপাল মক্তা হাওসি লুচিংলিপিতি—লৈরাং শক ময়োল, আপাম লৈময়োল আপাম তংফুলৈ, স্নুংশি লৈময়োল, হারাও লৈময়োল, চাননা লৈময়োল, উনপি পুক্লিং হুনলৈকৌএ। শিংলেন লৈরোং তরুকমক আসিতি—শিংলেন মচু থাফতে, খুমচাও ঙানফমলেম্তা খোইনৌ মতা তারাতরুমকী খেরাং তোইতাপনপতি নিংথি পুক্লিং হুপকী মশকনী। পাথং য়োইরেমপকী চরৈমফী শেংতি মপল কুরুম শিতপকী কোকলেন লুহুপ য়াইমরুপু শমু খুৎশিন্নরমলে। থাংজিল লংলা মাপলতিননা—শুংচিল য়াইমরু আহুমপু কাংকোই মিতম লৈনা শমু লেংলোই খোথাং নৈ! চরৈমফী শেংশু চরৈ নোংলুমপান আঙৌপা মশেন্নে।

শমু মহাকশাং লেপতুরৈ শাংত্তাননপতি শমু খুতুপ চামকা-নিপানপু ময়ুং মঙান মাননা লিংথিচৈএ। চরৈ মফা শেংশু আঙৌপা মশেননে। লুহুপ মঙান নাইপশু মশেন্নে। লোইত্তাম থাচা নংতিআহিং ক্রো নোংপুগ আমতপু পলেম নমাকী ফৈরা তালচিনথক্কামায়োকননা আরা পোংথাচও। ক্রো হুমিং আতুমাতি, খাশিআমনপা হিংতরেং থামম খারোংপা হাইনা কৌনশিনোঃ।

নঙান আরাপনা থাচা মপুং ফাপপু থানিন হায়না কৌনশিনোশিংতমতকী লোইত্তাম থাচা তরুকমক্কা আহিং-তুংথিল আমপু ওইনসিনো। আশাও আরেথা তরুকমক্কা তুংথিল আঙানপা ওইনসিনো। হুমিং তাওহুইবেং আহনপা নংকা নশানৌ তরুকমক্কাঙাইরোইননা লেংওন লেংসিন তমনা খোংকাপ খুফম মিকুপ-নাহুমআমতপু লিংথহনকনো। হুমিং অনীফাং থাচ আনীশোংনা মিংয়েং শানখৈ ফরোইএ।

পারি নংকী খোংচংতি লোইত্তাম থাচ তারাকা নিথোইনাক্রো হুমিং আমতনে। থাচ চামা কুননা ক্রো হুমিং তারাতনে। থাসিং চা তারানিথোইনা চহি কুমসিং আমাওইনঙৈনে। লোইত্তাম থাচ লাখা আমা লিশিং অনিনা চহি কুমশিং তারাতনে। চহি কুমশিং আসি তারা মশিং আসিনা তরাকারকা চাকৌনাঙৈনে। চা-মশিং অসি তারা কারকা লিসিং কৌনাঙৈনে। লিসিং অসি তারাপু লাখা কৌনসিনো। লাখা অসি তারাপু লাটিং কৌনাশিনো! লাটিং তারাপু লাগু কৌনসীনে। লাহু

লাসু তবাগু ল'বক বৌ।শিনো। াকক অসি তাবাপু লাঅক কৌশিনো লাঅক অসি তরাপু অক হাইনা মতোল োমজসিনো। মত্তৌনও আশুমন বা.যা আযানপগু চিংড় পুবৈহনপনা নোংতমশি বমলে। মতম অসিক ছগিতি অহুন খোকপগী শরুক অমা আসিনে।

মাশিকী মতুংদা মহিং সুংথিন নো যাই লাকযল যুথক তেংকোৎ পুংচা নোংডান যাচং নাবনপা শাশি আগলবা—থামম থাবোৎ- কুমশিং ১যাই থাইনা পালকল। মতম বাৱেল আযাম পাপু চিংঙু পুবৈ—হনপনা বাযেল থে তোল লোমলগাল। আসিকী মতুংতা পাখং যৌবনগকা শমু ওইবম শাবিশা লৈমাবেন যাইখুতোননা মমোম থাবৈন্নু—নপাবি শাচিপা আনি পোকনা সুংঙাইনা পাল্লক্লে।

মতম মতাং আসিতা মপাৰি লৈকোই নিংথৌনা ত্রো নোংখোং কোইখিপগু—থিংলো নিক্রা তেনা ১বান যাইতা বাইংললে। রাইগুংলবপতা মপল কুরুমশিতপকী চেংলো শকপু উডগতবাপকী মশানৌ লৈবাং আ তানপতা রাহমলকএ।

হেইশানৌ লৈবাং আতোনপপও ইপলইপুংঙো চিংদু যাই পিরেল মক্তপপু মাইকৈ কতোমলোমতা শাথুপখিবপনো। মপাবি ঐপু ক্রো নোংখোং আথাপপাপু কোইরু হাইনা থাতোকলপকা ইশানৌ লৈবাং আ তানপা নংঙোম্বা স্না ফমপাল লাংপু শমু খুৎশিলনবম লপকা মাকৈ কতোমতা শা থুপাখিবপনো হে ইপল ইপুংঙো নংপু সুংচাল হৈতেতা পামু হুলান হৈতেতা নোংতম

পাম্নাগু শেম্লে। হাইনা মালেম লৈতা ওননা থোইনা মিকপ-লক্লে। হে—ইপল ইপুংঙো পামগু তংতুরৈ নংপু করম থৌকাও-ঙমশিপনো থৌকাও ঙমলোইএ।। হাইনা তাংচমরাইপক্তা শমু খুৎনা নমনা মিকপলপতা লৈমা য়াখুতোনকা য়াংতৌ মতারোই-শিংকা লোইননা থৌকামখিএ। হে ইশাপি মিয়েং তেমপাল থানা য়েংফতপও করিকিপু পাইমা রাম্নৌচাওপনো উৎপি পুক্লিং তপনা চৈরৎলো—ইপল ইপুংঙো চিংঙু কুরুমশিতপনা থৌচাল লনকুনিংপা থৌরম অমবু লৈপনা থৌরম অসি থোকলরিপনে। হাইনা থৌখারলিঙৈতো মশানৌ লৈরাং অতোনপগু চোইনৌ স্না মেলাংচাম্বকী কুমথরকলপকা মশাপি খোয়ুম লৈকোইনিংথৌকী শমু নাক্তো ফমনা রাহয়খিএ।

হে ইশাপি লৈকোই নিংথৌগু উলাপ পুক্লিং তপলো চিংঙু কুরুমসিতপকী নোংতম মরায়েনপু কনানা শাখংঙমকপনো শাখং-ঙমলোইএ! চোইলৌ স্না মেলাংচাল আসিপু থোইপা থৌরম অমাপু ইশাপী নঙোন্তা থৌচাললনকুনিংপা আমপুলৈরিঙৈনে॥ মওং মতৌঅগুমনা থৌখামশিল্লপতা মশাপী লৈকোই নিংথৌগু চিঙু নোংতমপপু ইত্তানথরে।

খোয়ুম লৈকোই নিংথৌকী চেংলৌশকয়ান উরপতা নোং-তমহনপা চিংকোই মরিপানপনা পাওমেললক্লে হে শানৌ লৈ-কোইনিংথৌনংপু হুংশিপুক্লিং চানা রাওইরকনো। চিংঙু মনোং-তম নোংতম র চুন শুপনে উনপি শেলোং নিক্তনা তাইহৈনে। লৈরোন নোংলোন মরোন তরামরিমক অসিপু লৈকোইনিংথৌ নং

না কোক্তাথোংনা পুরিপনে। হয়েংনমু পোং তারকলপতা শাকৈ শালাই থুনথোং তরেৎমক্কী য়ুমনিথৌ আথূপপা ওইনা নশানৌ অতোনপনা চিংনা ইরাৎ থৌনিঙেনে। থৌরম আসিখংনা উনপী পুক্লিং য়াংফয়োইএ। চিংঙু নোংতমপকী থৌরম থৌখাম উরপতা লৈকোইনিংথৌশু খিংলৌনিক্লা তেনা মরানম্নাইতা হলরাইখিরে। আশীকী মতুংতা খোয়ুম চিংনিংথৌনা চিংপুরোই তলপুরোই লোইপী চিংলেন চিংনাও পুন্নমা শাশেম লোইরুরপকা মরাল য়াইঁতা রাঈশুংলরে। কোনয়াং রাথরুপশুং পামমেল উলিংলুপশুং হলরাইরক্লে।

তমপা লিরিলিফোংপিনা শংলৌ য়েললাং মখন মথেন তৈনা য়েলথারুপশু মরান য়াইঁতা হলরাইলকলে হলরাইরকলপকা শংলৌ য়েলপাওশু তমখিরে উরেন,, লাপা, পানখোক য়েলথেম,, ককলা মপাল লিংলমলে। ফুনিল,, য়েনখুমাং,, য়েলপুম,, লৈহৌশং তালা উয়েল,, ককচাকখামপী,, লাইচ য়েল কমপোংয়েল,, শিংঙুৎ হারায়েল, খাংকা – খমেল, লংমাই য়েলথা· হুমিৎ হংকাম নাপাকপী, তেক্তাউনাইপা, য়েলাং মনা চাফপা, শংলৌ মরুতং ফপা, কোপী নায়োমপা মালেম আরুপতা পানপা শংলৌ মরুতংফপা পাল লুকাপীনচিংনা শংলৌ মরম চামা নিপালশু শংলৌ য়েলথারুরে। শংলৌ মরম চামা নিপালকী আনা লাইকোরুপা হিতাক মরম চামা নিপালকী হিতাক মরম শুনা থাম্নমলে! য়েল লৈমতি য়েললুংপি য়েরুম কৈরুম ওয়রসিনো হায়না নোংতমলম্লে।

আতুকী তুংতা পাখং য়োইরেমপকী শামু ওয়রোম থারিপা

লৈমা য়াখুতোন লৈমরেনকী মমোমলোই থাবৈন্থু মপারী শাচিং পা আনিমক্তি আমনা শচিক লাননোংতমপু ওয়না লৈখ্রে! আমনা শাপা লাননোংতমপু ওয়না লৈখ্রে! তাযবং থরাম পুমনমক্কী লিক্লা ইহুনখোপু নোংতমলিংগনে! তায়না মপল য়াথং ইননা লৈখ্রে।

আসিক্কী মতুংতা মপাবী কোবৌহনপা নোনাওরক্লে আঙাং চেংলৌ শককোয় হেল্লে, নোংলাই নিংথৌ মমোমলোই লৈমা শংকুরেং নিংথীপীনা শমু ওয়রোম থাইএ নোংতবেন আহনপানা শরেন য়েৎলোম থানা চোইনৌ শ্না ফমপাল লাংপু শমু খুৎশীন্নরমলপকা থোইহংকো চক্কী চহী কুমশিং লান্থু তরাতবেৎকা লিংশিং হুমফুতরারেৎ কৌথিতুনা মপল পাখং য়োইবেমপতি ক্রৌ নোংকা খোপু থৌরাংলক্লে, চিংঙু লাই নুপা নিপা মাশিং লাকঙন তনা আরাং নোংলৈপাকপু য়োনা থিনখিরে! চহী আসি পাল লমলে। ১৭০০০০৭৭০০০

তয়ো হংকো চক য়াইমপতা চিংঙু ক্রৌ হনপনা খোয়ুম লাইনিংথৌ ওইনা চক ১৬০৬৬০০! আসি পাল্লম্মী খোয়ুম মহাক্কী রায়েল আয়ামপতি মতোল লোমনা তেংথাঙমলোইএ।

অসিকী মতুংতা পায়োহংকো চক্তা কৌপরেন্না চহী ১৫০৫৫০০ পাললম্মী চক মরী অসি লাইকী চকনি। লাইতকী মথং মথং চথরক্তুনা মী তারকপা হয়ি চক (সৈত্য যুগ) হয়ি চক্তা অতিয়া শিতপনা নিংথৌ কাংপা ওইনা কৌনা অমুক পোক্লরে! কাংকম খুলাই লিক্কং তেনতোংকা লোয়ননা লৈপাক ঙাকপা লাকই হায় পকী মমিংথোনপু কাংপা কৌনা মিংথোল্লম্বনি। লৈমা কাংখননা

মপুরোইবা হাইনা চৎনরিবা লোনচৎ আসি অহুৈভদগী লোৗরগচৎন রিবনী। আহুনা তাইবংদা পোকলিবা নমুপোং খুদিংমক আসি মী ঙাক্তনী।

মৈতৈ - মীতৈ করম্না থায়গনি।

িংঙ্ খোইয়ুম লাইদগী মথুং মথুং চৎথরকলিবা চাত্তা নাও-তারকলিবা মী ঐখোয়না লোইবীচিংলোন মাপলগী ময়াই ময়োম্দা তাইহায়তগীশু মৈতৈ—তৈমনা তাখিবদগী লোৗরগশু মৈতৈ পাকল লিনলা নিংথৌগী কোক্বা মৈগা তাইনবগীশু মৈতৈ, আসি লৈবনা মৈতৈ নিংথৌশিংবু থিপলেন আমাইবা য়াম্বা খুমাংশিংনা (মৈতিঙ্) হাইবা মিংখোল আসিপিরমই।

মীতৈ কৌবদি মী ঐখোইনা আঃ—হায়বদি আরাপপদা তাই হাইবদগী লোৗগা মীমাতাই আশুবা লোম্দা মীতাই মীতৈ মরমদি আসিদা পোকলগা চৎথিবনী আসিগী খুৎতমদি আমদগী হোদনা মপল মামবা লৈবা আমি অতোক মারোই। চিংনদবনা খুৎতম মৈতৈ ঐখোয়গী হোনবী মীরাম ত্তিনবদা য়েংবিয় হাননা লৈরমবা মীনা কোননা লাকপা মীবু হংবা তারবদি মী আতৈ= আতৈ কনা কনা লাকপগে য়েংউ হায়বা অসি শোইদনমক হায়-নরিবা হংনরীবনি। মরমদি ঐখোয়দা তৈশিল তাইশিললকলিবা মীওয়শিং আদুবু মীতৈ কৌই, খোইনা ত্থোংজদে য়ুমবুরেন হাইব ফুনত্তে আতাংবা ওয়গনি।

মৈতৈ রেক তরেৎ।

মৈতৈ ঐখোয়গী চিং অমম্ুং তমদা লৈরিবা রেক তরেৎ

লৈম্নেল কমপাল তোংই। মচা ইপুংঙো মাপল পোক্না হুংঙাই মরাং কায়না চহী ১৮৮৮০০ কুমশিং অসি পাল্লমমি।

ইনিংথৌ কাংপকী মচা ইপুংঙোশিংকী মমিংত্তি কোইকোই তৈম্ভা, য়াংমা, তেশারোৎ, উরেনখুপ, উরেনহনপা, ইরেমপা, থাপা, লংপা মপল আসিনে।

মচা ইপুংঙো মাপলনা মশু ইপুংঙো মাপল পোকই! মশু শিংকী মমিংত্তি কোই কোইনা - কপো পোকই। তৈমানা—মৈতৈ পোকই। য়াংঙানা—ময়াং পোকই। তেশারোৎনা—তখেল পোকই উরেন খুপনা - পাঠান পোকই। উরেনহনপনা—মোইরাং পোকই ইরেমপনা - পাসা পোকই। থাপনা - থাকি পোকই॥ লংপনা— ইরংকা পোকই। মশু ইপুংঙো নিপালনা খুনতাখিপতকী দেশ মমিং থোনখিপনি হায়রি।

খুহুংচক [ত্রেতাযুক] খুহুংচক্তা পাল্লমপা মৈতৈ নিংথৌকী মমিং মথং শিংনা (১) তৈমা (২) তারি (৩) শাকাপপা রাংকাপা মরি অসিনা চহি কুমশিং ১৭৭৭০০ অসি পালমমি।

লাংপাচক (দুরাপুর) লাংপা চক্তা পাললমপা মৈতৈ নিংথৌগী মমিং মথং শিংনা ককশুপা তোংকোনপা, পিত্তিং কৌই, লামপিচা, শোপাইপা—অসিনা চহি কুমশিং ১৬০৬৬০০ অসি পালমমমি।

কোননাচক (কলিযুগ) কোনচক্তা পাললমপা মৈতৈ নিংথৌকী মমিং মলিয়া ফমপালচা, নোংতালাইরেন পাখংবা, খুইয়োই-তোমপোক, য়োইমোংপা, তাওথিংমাং, খুইনিংঙমপা, পেংশিপা, কাওখংপা, নাওখমপা, নাওকোংপা, শামৈরাং, কোনথৌপা, নাও-

নাওথিংখোং খোংতেক্‌চা, য়ারুপা, আয়াংপা, নিংথৌচেং ॥ চেংলৈ লানথপা, য়াংলো কৈফাপা, হুরেংপা, লোইয়াম্‌পা, লোহতোংপা, আতো য়োইরেমপা, ইরান্‌খাপা, থারান্‌ থাপা, চিংথং লান্‌থপা, থিংপাই শেল-হোংপা, পুরাথ্‌ থাপা, খুমোম্‌পা, মোরামপা, থংপি লান্‌থপা, তেল্‌হৈপা, তোনাপা, কায়াম্‌পা, লম্‌কায়াম্‌পা, তপুংপা, লোইরেম্‌পা, পুনাসপা, নিংথৌ খোম্‌পা, কোইরেম্‌পা, লম কাইথেমপা, নোংইন্‌ফাপা, কপোম্‌পা, তাংচলম্‌পা, আতোন্‌চাম্‌পা, চালামপা, মোংয়াম্‌পা, খাকিথেম্‌পা, খুন চাওপা, পাইখোমপা, চারাইলোংপা, পামহৈপা=গরোবনারাজ, খাখি-লানথপা, জিৎশাই=মিংথোহ থেম্‌পা, ভোবোৎসাই=মোরান্‌থেমবা, গোরশাম=চিংথংখোমপা, ভেগ্যচন্দ্র, মধুচন্দ্র, লা.বনচন্দ্র, চোরজিৎ, মারজিৎ যয়াসং, ভদ্রসিং, গম্ভবাসং, নরসিং, চন্দ্রকীর্তি, দেবেন্দ্র, শুরচন্দ্র, কুল-চন্দ্র, চুরাচান্দ, বুধচন্দ্র, ওকেন্দ্রো আসশিং অসিনা মথং মথং পালক্‌হ। কোনচক্কা চাহি কুমাশং ১৪০৪৫০০ লাখা তরামরি লিশিংমরিগা চামথান।

হায চক্তগা কোনচক্‌ ফাওবদা পাললক্‌লবা নিংথোরোন্‌ অসি নাও ফোংবা ফাওবাদ লাইরুপ্‌নী হাইরী। তাইপংমী হায়বা এখোয় আস কদাহদগী লাক্‌পনো? চিংগু খোয়ুম্‌ লাইদগী অশুম অশুম মথং মথং চাতারকপান, লাইগী মচা মশু থাক্তনা। এখোই মীওইবা আস য়ুমকৈশু শাবা হৈরমদে, লোক্ত তাহতা লেকু লৈরাহতা লৈরমমী হাহবা অসি খোতোলোক্তা ফংথে—মতুদি লৈকু শং শাবা লৈরাই য়ুথাংবা হায়বা অসিদ্যা থুতম ওইনা াপার।

হায়রিবা লোন্‌ অসি পাখংবা য়ুকৌবা লৈরাই য়ুথাংবা হায়বদি থকলগা খাওরিবা (য়ু) অসিবু নত্তে=ইয়ু=ইবুংঙো মহাকপু কৌজবা; হৈরাং লুকলাংজবা হায়বা ওইগদবরা।?

মাসবু ইংলিসমেনাশংনশু এখোয় মীয়োই অরি কাংকক্ত লৈরম্মি হায়রি হায়রবা কাংকুক্‌হায়বা মফম অদু থমবালগী উম লৈন্নুং এখোয় মীওইরিবা এখোয় খুদিংমক্না লৈরক্‌ফম মফম অথাংগী লৈফম্‌(উম) অদুবু হায়বা ওইরিগনি।

তাইপং কোপতি য়াইবিরেন্‌ সিদবা ইবুংঙো মহাক্না মীওইবা এখোই পুন্নমকী ময়াই অমসুং ময়োল ওইবনী, এখোই মীওইবা খুদিংমক্না চিংগু মহাকী মচি অমসুং মতাই ওইবনী মরম অসিনা চিংগু মহাকী মচি মতাইদা পংনা পাল্লি হাইবগিশু তাইবং কৌবনি।

মীকৈবদি চিংঙু ইবুংগো মহাক্কী মওং অমস্তুং মমিনি হায়বগী মী কৌবনী। খুতম্ ওইনা হাইরবদা য়ুম অমগী মন্থুংদা থাওমৈ অমা থাল্লগা ফক্লাংগী অহোবদা থাওমৈগী মঙান কয়ামরুমনা ফুদোক্-লক্পা অদুগুমবনী। য়াইবিরেন্ সিদবা চিংঙু মহাক্তি তাইবং থবাই পানবা ঐথোয় পুমনমক্কী থোক্লক্ফম্ হনচিলফমনী। মরম্ অসি-তকী তাইপং পানবা কৌবনি।

অসিগী খুতমদি ( মুরাপালি ) লৈপাক্ হায়রিবা অরিবা লোন্ অসিনা তাক্লী। মুরাপালি লৈময়োল হাইরগা লোইবীচিংলোন মাপন্না কোললিবা মৈতৈ সনা লৈপাক্ অসিনী মুরা=মওং মরা মপুরোইবা হাইনা চংনরিবা লোনচং অসি অদুঙৈদগী লৌরগা চংন-রিবনী। অদুনা তাইবংদা পোক্লিবা নমুপোং খুদিংমক অসি মী ঙাক্লনী।

## মৈতে=মাতে করম্না থাইগনী।

চিংঙু খোইয়ুম্ লাইদগী মথং মথং চংথরকলিবা চাতা নাওতা-রক্লিবা মী ঐথোয়না লোইবীচিংলোন্ মাপলগী ময়াই ময়োলদা তাই-হায়বতগীশু মৈতৈ-তৈমান্না তাথিবদগী লৌরগশু মৈতৈ=পাফল্ লিলাং নিংথৌগী কোক্কা মৈগা তাইনবগীশু মৈতৈ, অসি লৈবনা মৈতৈ নিংথৌ-শিংবু থিপ্লেন্ আম্নাইবা য়াম্বা খুমাংশিংনা ( মৈতিঙু ) হায়বা মিংথোল্ অসি পিরমই।

মীতৈ কৌবদি মী ঐথোয়না আঃ—হায়বদি অরাপ্পদা তাই হায়-বদগী লৌরগা মীআতাই=অশম্বা লোন্দা মীতাই=মীতৈ মরবদি অসিদা পোক্লগা চংথিবনী অসিগী খুৎতমদি অমদগী হোদনা মাপল হায়বা মশিং অসি শুবা থক্য়ারোই। চিন্নদনবা খুৎতম্ মৈতৈ ঐথোয়গী হোনবী মীয়াম্ তিনবদা য়েংবিয়ু হান্না লৈরম্বা মীনা কোননা লাক্পা মাবু হংবা তারবদি মী আতৈ-আতৈ কনা কনা লাকপগে য়েংউ হায়ব অসি শোইদনামক্ হায়নরিবা হংনরিবনী। মরমদি ঐথোয়দা তৈশিন্ তাইশিন্লক্লিবা মীওইশিং আদুবু মীতৈ কৌই, থোইনা তোংজদে য়ুমবুরেন হায়বদু নত্তে আতাংবা ওয়গনী।

## মৈতে য়েক তরেৎ

মৈতৈ ঐথোয়গী চিং অমস্তুং তম্দা লৈরিবা য়েক তরেৎ

মশু মাপল্না মাপল খোক্না থাইদোকখি অত্তদগীশু শাখাই কৌই! অমদগী মাপল খোক্না শন্দে কথী হায়বদগী শালাই কৌই! মরম অসিনা তায়বশু ঐখোয় পুম্নমক্না অপুনবা ওইবা ইমা তরেৎনি ইপা মাপলনি।

মৈতৈ ঐখোইগী এক তরেৎ শালাই মাপল অসিদি অহৈ ক্রো অমম্লুং মালেমবু শেমবীরক্লিবা য়াইবিরেন মক্তবা চিংগু অরেম্মা মহাক্না শক্তম ওইরবা মৈতৈ ঐখোইগী য়েক শালাইনি। পৃথিবীগী মকম খুদিংমক্তা হিরা শুম্না তাল্লকদোক্লিবা য়েক তরেৎ, শালাই মাপলনি। ইপোইরৈ শ্রা লৈপাক্নী ইবুম তরেৎ, য়েক তরেৎ অসিদি য়েক খুদিংমক্না নিংথৌ ওইরকপা তাক্তনি। হৌজক ফাওবা (১) অ ঙোম নিংথৌ (২) লুৱাং নিংথৌ (৩) মোইরাং নিংথৌদি লৈরি ৰুম্নাক মরিগীদি রাজ শক্তিনা মুৎথৎখিবনী, অদুবু মতাং মকম লাক্লবনিনা অমুক শোয়দনা কোম্না শেমলরগনি। শেমগত্নুনা মাগী মাগী শাকৈ শালাই মশক থংনা পাক্লগা লৈপাকশু মরা তপনা পাক্লরগনি।

চিংনমনবা - য়েক্তি তরেত্তনি—শাকৈ শালাইদি মাপলনি! অনি লেম্মীবা অসিগী খুৎতমদি অমনা থক্লারদ্নি, অমনা হকচাংনী মরম অসীনা তায়বশুদা পাক্লীবা মীৎনা উরীবা খুদীংমক অসী চিংশু মচিল মনাওনা শান্নবা তাক্তনি।

হায়রীবা মতাং অসীদী তাক্তনশু খঙদবা য়েংহুনমু উদথা য়ায়া নক্ষা দ পশা অরেপপনা খঙবা মস্তাংনি।

মৈতৈগী পুর দা ইরিবা লোল অরিবশিং অসিবু য়াম্না কুপনা য়েংশীল্লবদি অরাংবা থাক্তা নত্তনা মীথা পোনগদবা থোইনা উদে। মরমদি শাকৈক্কী পিপা হায়বা লোল অমনা হুং পাল লুরাং শালাই হায়বা লোল অমগুং থোস্নোক অনি অসিনা তাকলি মধূদি— পীপা হায়বনা নপি মপা মপা মমা মশক খংববু পীপা কৌই। হুংপাল লুরাং শালাই কৌবদি মহুং মপাল তুনা খত্তবা মথরায় মমিরেল মশক খত্তববুশু পীপা কৌই, মহুংপাল আমাইবশু কৌই। হায়রিব অসিদি মীরৈপাক্কী লোলদা (ব্রাহ্মণ) বু হায়বনি! ব্রাহ্মণ হায়বশু সোঃ ব্রহ্ম জাস্তী মথাই মশক খত্তবা মপা মমা মশক খত্তবা হায়বনী! অদুগা খাংভিল লংলা মাপলশুনা লেংলোই থোথাংবৈ হায়রীবা অসিনা (নোগুণশু) মচা মাপল থাংলমই হায়রি। অদুগা নমশা তনত্তনলেন নমশা পাকলৈথনবা হায়বা অসিনা চনত্তোনশু খিলম্মী হায়রী। অদুগা অমনা চাদনা থম্নু লুদনা শেংউ হায়রী বা অসিনা তাকপদি মাই অমগুং লায়বক্তা (চণ্ডাল) থয়দং নমথ বদি থবক থৌরম খুদিংমক্তা লোয়না ইচন চন্নরে চন্নবদা মতোল লোমলে। হায়বগীবু চণ্ডাল কৌবনি। মীরৈপাকীদি (চণ্ডন) কৌই।

মলেম অমগুং পৃথিবী অসি করমনা লৈ। অদুগী তায়বশু শানবা পুম্নমকপু শেম্বীরক্লিবা চিংশু মহাক্লা কমলিবা থমবালগী লৈনা লিশীংগী মথক্তা লৈপাক লৈশেমখিবদগী লৌরগা আলেম লৈমরোল কৌবনি। লৈগী লৈমিং লৌরগা লৈপাক হায়নশু কৌ-বনি। লৈন—লৈনা লৈ হায়বদগী লৈকোয়পুংশু কৌবনি। লোইবী চীং খুদিংনা থম্বালগী লৈমানি, লাইকম খুদিংমক্লা থমচেং হৈরুনি।

লৌখিবা আহুগী তাংচ লুরেন্ তোন—মকোক্ কোক্লেন আহুবু (কং)—কৌই। লিলাঃ মমৈ আকুইবা মমৈমৈতোনবু (লা.) কৌই আনিনা পুনশিল্লগা কংলাঃ কৌই।

আসিবু (সংসক্কত) ভাসাদগু—কংলাঃ বু পৈকুম্বা কৌই। মৈতৈ কংলাঃ শী মমিং কয়ামরুম গুই মৰ্দি—

(১) কংলাঃ নোংলৈয়াং (২) ময়াই খেংকুরুমচিং (৩) মৈতোল হোইরৌপুং (৪) পাকম্ শ্না মেলাংচান্ (৫) কংলা শ্না স্নাইকোল্ (৬) শ্না লংবচিং (৭) কংলাঃ পুংময়োল (৮) মনিক্ কমপাল্লাং (৯) লোইরেন থুমমপিলোক্ (১০) চোইনৌ শ্না য়োইখমবাল্ (১১) কুরুম স্নাচি (১২ লুকোক্চিরৈতোং (১৩) তিপলিকোক্তোলনেন্ (১৪) নমথক্ সবোনপুং (১৫) ময়াই গুপ্তোংপাল্ (১৬) মুরাপাল (১৭) লৈপাক লৈখোইরেন্ (১৮) মরান য়ুমতমপুং (১৯) পুনেম তাইপিলোক্ (২০) কংলা রাকোংপাং (২১) টিংলিরাকোংলক (২২) লৈপাক পামপিলেন (২৩) থরাই স্নাইপিকোন (২৪) কোইরেন্ শোক্তোক্পুং (২৫) কংলাঃ কম পাল্লাং (২৬) থমপাল লৈহ্মচুং (২৭) ইক্ষাল॥ (২৮) হান্না লেম্বা কোন্না লোইবা ॥০॥

হাইরিবা মকম অসিদি ইনগিনা থুরচি—পেকিনা চহমনি —হনরেকপ—হনতেকমনে। আসিবু মীরৈপাক্না মনিপুরকৌই আহুগা ঐথোই নগু মনিক পুই—মনিপুর কৌই।

মনিক পুই—মনিক কমপাললাং কৌথদি থরাইবু মনিক কৌই—থরাই পুমনমক্কী লৈকম—খোককম—হনচিনকম হাইবনী।

মণিপুর হাইবশু নাভিস্তোন হায়বদি = খোইদৌ = মনিকুণ্ড লিনীঘ ত থরাই পুন্নমশ্নী থোকফম অমসুং হ'জিনফম হায়বনি।

আসিগুম্বা ইপোইরৈ স্না লৈপাক আসিবু মৈতৈগী পুয়া — য়াথং লারিক লাইশুদা কংলা সননা য়াইকোন মতিক থাঙম-দ্রবা হাঃ — মরু চংখোলবা য়াইমরু থোককোইবা হাইনা থমবিরম্মী লোন অনি অসিনা × পুনশিনবশু পোৎ শক্তি অমতনি।

মরম থৌরম অসি লৈবনা সিকুম লোনতা = পোঙাক আসিংখেন — মকোইন্নুংশি - ন্নুংগুনচিং রাপ্পা ফেরে লাওপা ফম্মাংচিং = শুন্নুংনা মিংসনা থাপা লুলুকচিং - শুরা চামা শিরে — পাখং চামা ঙাইনচিং — পলেম চমা শিরে পনথৌ চামা ঙাইনচিও হাইনা তেংথানরিবা অসি মরম অসি লৈবনা মৈখি মৈসেরং ওইনা থমংবিরমবনী।

আরাপা আনক লৌশিনফম নুমিৎ = থা = থারাইমিচাক্লা ঐগী মীগী = থাইদবগুন্না = মালেম লৈমা অসিশু আনী থোকফরোই তাইবং ঐখোয়শু অমতনী হাইনা = লৌগনী। মরম অসিনা লৈপাক লৈপাক থুদিংদা শিরবশু মাগী মাগী মথরাইদি মৈতৈ লৈপাক্তা শোইতনমক হল্লক্নি। লমতম লাপনা চৎলুরবশু ঐগী ঐগী য়ুমদা তঙাইফদনা হললকপগুন্না হৌরকপা মফমদা অমুক হল্লকপা = হৈখোংদা হৈকেনবা হাইবসি মশানা তাবনি।

মরোন অহুমগী থুংতম-চাংতম লকপা ক্রৌ — থক অহাংপা অসিনা স্বর্গ = লোক্নী — পোংলৈকোন ঐখোই মীওইবনা লৈরিবা আসিনা ব্রহ্মাঃ লোক্নী = লৈপাক অমসুং পৃথিবী অসিনা মর্ত্ত লোকনী।

মালেম = পৃথিবীগী ময়াইদা মৈতৈ লৈপাক্লা লৈ। মৈতৈ কংলাঃ না মালেমগী খোইদোনি। কংলাগী গুরুংনা পাকল লিলাঃ নিংথৌগী নিংশা। শোব হেলফম্নী চোইনৌ স্না য়োইথমবাল = থমবাল লৈহুম হুংবু = থম্বালগী লৈনা লিশিংনা যোমমি = অহুগুম্না লৈনাগা মশক ওইববা লোইবিচিং খুদিংমক্লা "ইয়ু = ইবুংঙো মহাক্কী মনিক ফম্বাল লাংবু যোমমি হাযবগা মকপু ঈয়ুম্ফাল—ইম্ফাল কৌনা মিংথোক্লম্বনে।

লৈপাক ! মরোন মাপল - নোংথৌ মবোন মাপল - হকশাং কাযাং মাপল - লাইপি চিংলোন মাপল—স্নাচং মগুং মাপল—কংলাঃ ফালখোং মাপল—য়ুমচাও কায়াং মাপল—নোংমাই শুম-ঙাই মাপল।

মাপল, মাপল অসিগী মতুং ইন্না লৈপাক অমম্পুং দেশ নিপালগী ময়াইদা মৈতৈ লৈপাক্লা লৈ। মরম অসিনা মৈতৈ স্না লৈমযোল মালেম লৈপাক পার্মবিরেন কৌবনী।

আসিগুম্নবা মফম্ অসিগী দেশ ভাতৈ অতৈগা আচা আথুক মহৈ মবোং অমিং অশা করি অমত্তা মান্নবোই। অদুগা মথক মথা অংননা + মশক আমতা ওইববা (নিবাকার ব্রহ্ম আসিগগু অমত্তনী হায়বা থংননবা ইবুংঙো মহাক্কী শমু মহকশাং লিনগী আশাংবা মশাদগী থোনথেক লৌরগা মীওইবা ঐথোয়গীগু হকশাং কৌনা মিংথোক্লম্বনি।

হুমিংকা—থাগা আসিগু মীওইবা ঐথোয়গী মিং—য়েংক। ওইগা আমতনী। মরম্দ চিংঙু ইবুংঙো কহাক্কী মিংস্না থম্বাল

অনিদগী লৌরগা মিৎ—কৌনা নিংথেম্বনী। মখদি হুমিৎ হায়বা খোম্বোক রাহে আসিগী মহুৎদগী (ন) ময়েকা মাং—তুং আনি খোকনা খাইদোক্লগা ঈশা ইথন্তনা উজবা ফংদ্রবা তুংদা নাংকল হায়না খনমনি। (ন) গা মিৎকা অনিনা পুন্সিল্লগা × হুমিৎ! মরম অসিনা মীওইবা ঐখোয়গী য়েংথংবা মিৎনা—হুমিৎনী—ওই খংবনা খানি। হায়বগী খুতম খংননবা হায়হনা মকচাংগী মাংখংববু খবাক কৌনা মিংথোনলম্বনী।

আহুগা ঐখোয়গী চুবা—নাপপা আনিদা হুনলিবা মিহন অনি আসিগু অমনা শচিকনী—অমনা খবানি, মরম অসি লৈবদগী মিহন আনি আসিবু ওকপুরোই—তাওহুইরোই হায়না খমবিরম্বনী—শজিক খবাগী মমিংগু ওকপুরোই—তাওহুইরোইগু কৌই।

মীওইবগী লৈ—অসিনা মালেম অমমুং পৃথিবীনি। ভৌ—অসিনা আকাসনী আসি থোইনা চিংনকম লৈতে মখদি মালেম লৈমা আসিদা হৌরিবা পোৎশকশিং অসি—মিৎনা য়েংবদা খংবা ঙমলোই—লৈ—অসিদা হাপলবা শোক্লবতদা অখাবনী—অশিনবনী আথুমবনী অসিনচিংবা খংবা ঙমমি। মরম অসিনা লৈনা মালেম অমমুং পৃথিবীনি হায়বা আসি অরেম্বনি।

## অহানবা খুতম অনিগুবা

খাইদগী অহানবদি মরিক আসিনি হৌরকপদা (•) মরিক অসিদগী হৌরকপদা লিম্না ইহান হাল্লী হায়না খংননবা লিনগী মখাদগী মৈতৈ লৈনা পলেমগী চরৈ খাংচেৎ ময়েক নাইবা শম্বিরম্ম

মৈতৈ লৈমগী ময়েক মুৎতরই। লিননা থাইদগী হাল্লি হাইবগী খুত্তমদি মরিক্ আমত্তা ওইরবা (বিন্দু) দগী লয়ী ওইনা চিংথোক্তুনা করিগুম্বা পোংশক আমত্তা য়েকপা ইবা য়াদে। মরম আদুনা লয়িদগী লিন লোগনি। আদুগা মঙান্গী লৈকমগু লয়ীনী। হাননদী লিনবু পাথংবানি হাইনা চৎনরমলিবা আসি তোক্লগা থরাইবু পাথংবা ওইনা নিংলবদি মহাক মশক থংবা হাইবহ শোইদনা ওইরগনি। মদুদি মীওইবা ঐখোইগী থরাই অসিতি হন্হুদে হক্শাংতনা হন্হুবনী। থরাই হাইবা আসিদি মহাক্তা পাথংতা ওইহনা লৈ হাইবা মরম আসি লৈবত্তগী নিপি—হুপা নাইতনা হুংঙাইপকী রাথম্বা পুনসিহনা হিংনরী।

## অরেপপা মকম থিবা

মালেম অমসুং (পৃথিবীগী) লৈমাই খুদিংমক্তুগী কংলানা রাংবা হেল্লি, হেল্লি হাইবগী খুৎতম ওইনা পীবা তারবদি মিরাংদা পিগনী! অমনা আপুনবা (পৃথিবী) অমত্তা ওইবা মওংতা ওইনা য়েংননবা পুথোকপা তারগনা য়েক্লমত্তা পিগনি।

খুদম— মালেম ১সুং (পৃথিবী) আসি শাইরোং মরু অমগী পাত্তমনি। শাইরোং মরু আদুগী লৈমাই খুদিংমক আতোংবা ঙাক্তনী অদুবু লৈপাক্তা তাহন্দনা থমবা ঙমত্তবনিনা—লৈপাকী মথক্তা থম্বা তারবদি আথাইদগী মথক ইথং—থংবা লৈমাই আদুনা মৈতৈ লৈপাক ওইগনি মালেমগী খোইরৌ ওইরি।

মখোই ১সুং ময়োননা রাংতি হাইবগী খুৎতম কোমলানা চিংবা তৈ খুদিংমক আসি মথোকনা রাংগলা? মখোইনা

=রাংগনি, থুংতমদি মপান কেনখ্রগা মখোইনা ইহান্ হান্না থিনদোকুলক্কই, মশিল=মপ্রামনচিংবা কোননা চাওখোকলকপা ভাক্তনী,, থুংতমদি লেমকু ১শুং (গুরিদগী ঔরোস) মহাও আম্ব হুংশিংনা পুখংলগা মখোইত্তা ইহান্ হান্না থুংই মশিল্ মপ্রামদা কোন্না থুংডি ।

হৈ ১শুং কোমলাদগু নত্তনা ঐখোই মীওইবা অসিগু হকশাং অসিগী মহুংদা ময়াইথিথাংনা থাইদগী রাংডি হাইবগী ময়াই-থিথাংদা থাং কৌনা নিংখোল্লমনি।

অনিগুবা—থুংতম (মাইবা লোন) মীওইবা ঐখোইগী অরোইবা মতমদা মাইবারোন্ মাইবশিংনা হাইরিবা অসিগীগু মতেং অরেপ্পা ওইনা শিরি । মহুদি থুজিংথাগী কায়বদি খোংগী মিহুনগু=থুদাং অমগুং থুংকী=মিহুনগু=মিহুন থুদিংমক অসি খোইতৌতা লোইনা পুললৈ, অসিগী থুতম অমনা লৌ কৈতোম্ অমাগী মহুংদা ইশিং থুমচিল্লকবত্তা ময়াইদা চৈ অমা মুংলগা মুংলিবা চৈ =অতুত্তা রাহি,, মুহু,, ককচেং,, খোয়নচিংবা ভমনমক্ কাখৎ-লকপগুমনা মিহুন পুম্নমক অসি খোইতৌগী মিহুন অচৌবা অসিতা লোইনা পুললৈ অসিগু আয়েপপা রাক্সী। হাইরিবা থুদিংমক অসি করিঅমত্তা খেৎতোকপা =য়াদবগুমনা চিংগু মহাকী লৈকমগু ময়াই=ময়োলদা ওইবা ক্তাই হাইবা অসি মকম মকম থুদিংদা লোইনা মশানা তারবনী ।

অদু ওইরবদি [ বেদ ] শাস্ত্রগী নিয়োমদা হাইরিবা (বৃন্দবন) পরিত্যেক্তেং এক্তা পাম নোংম্সেডি=বৃন্দাবন্দগী খোংকম অমত্তা লেংখোক্তে হাইরিবা ইবুংঙো মহাকী লৈকম অদ মৈতৈ লৈপাক্তা ওইবত্তাই।

হকশাংগী ফীথূপ — অচৌবা মৈ — ঈশিং — মুংশিংকীগু মতুং ইন্না লৈরিবা ফীথুপ অ:চৌবা অহুমনি। অহুম অসিগীগু মতুং ইন্না বৃন্দাবনগু হকশাং অসিগী মনুংদা অহুম থোক্না লৈগনি। শুকথময় বৃন্দাবন — মৈধ্য বৃন্দাবন — গুপ্ত বৃন্দাবন অহুম শুই মদুদি নিংতু — অসিনা শুকথময়নি = গুপ্তনা লাইপক ময়াইনী মৈধা বৃন্দাবননা ময়াই থোইগৌনি।

মতুদি - মিরাংনা লৈবগুম্না ময়াই ময়োলদা লৈরীবা ইবুংঙো মহাক্না লৈত্রবদি ভ.ইবং পানবদা লৈরিবা মী - শা — মগ উন্না নাপি — তিংথৌ — আচংপা চত্তবা লেংলি পাললিবা থৈপিক পুন্ন· . মক অসি অতৈ করি অমত্তা লৈররোইদবনী, অদুবু ক্রৌ ১মুং মালেম অসিনা কায়দনা লৈরিবনিনা চিংঙু ইবুংঙো মহাকগু লেংতনা লৈবতাই, মকম মতমতদি ওননারোইতব্রা ?

মাননবা থুংতমনা আরেপপা মকম থিবা — মাইপা লোননে — মুমশা লোননে — ক্রৌনে — মালেমনে — তাইপংনে — মরি অসী অমত্তনী ঐথোই মীওইবগী হকশাংগী কায়াত্তকী লৌথোক্না শাবা মুমনী হায়বসিগু মুমগী মুমশারোনগু তাকলি। মহুদী কোরৌনে — মালেমনে অনি অসিনা তাইবং ঐথোইবু য়োমলগা থরাইবুগু হকশাংনা য়োমলি হায়বা থংননবা মুম কৌনা মীংথোললম্বনি। মসিশিং অসি চীংনকম লৈত্রবা অ: থত্তগী মথং মথং লৌরগা থোননরকপা মিংথোল তাক্তনি।

পুমনমকী চিংশিলকম চিংশিলবত্তা লেংবা লৈত্রবা মঙানগী মশক ওইবা চিংঙু ইবুংঙো মহাকপু ঐথোই মীওইবা থুদিংমক্না

মহাক মহাক্তী মরোননা খিনরিবা ঙাক্তনী ঈবুংঙো মাবু খিজিনবতা খুতোং চানবগী পাম্বৈদি (ঐ) হায়বা ইবুংঙো মাবু য়াম্না চেংনা চান্না লুনা নিংলবততা খন্নাইগী অরেপপশু মহাক্না। তাইবং কনানা কনাবুশু য়েংখিনরোইদবনী। ঐ হায়বা অসিনা লৈবতগী ক্রো —মালেম—মশক—মাখা লেপলিবনি অমম্ অঙানশু খাইরীবনী।

মরুম অসিনা ঐ—ঐনা ঐবু য়ামনা চেকশিন্না লুনা নিংজরগা (হরি) মহাকপু খিবা ১শুং—নিংবা, শোনবনা বিশনু হায়না শোনবা হায়বদি মরোন তারগা মরি অসিবু পাকল লিলা: নিংখৌ ইবুংঙো মহাক্না তুনা পুখিরী হায়বগী ইবুঙো মহাক্তী কোলোই মমীং খোমবু তুবী লাইরেন কৌনা মীংখোললমবনে। পাকল লীলাগী মশক ওইরবা খমনা খেনচোং আহুনা খম্বাল আহুবু চেকশিলনা ঙাকশেললিবা আহুগুম্না য়ামবগী মশক ওইবীরিবা ইবুংঙো মহাক্না ঐ—ঐবু ঙাকপীসনু—শেনবীষ্ণু—হুংশিবীষ্ণু চানবীষ্ণু হায়বনী ঙাকপী শেনবীবা হায়রা লোন অসীনা খোখল ওইনা খনমলগা আশমবা রাহৈতা বিষ্ণুতা শোনবশু খোইনা আকাইবা লৈতে!

আহুগা ঐখোই মীপুম খুদিংগী ওয়বা আপুনবা ঐ অমা লৈ—হায়রিবা—পুম্নমক্তী ওইবা আপুনবা অমতা ওইরবা ঐ—অহুদি মৈ—১মুং মঙানগী মশকনী তাক্তনশু খংত্রবা য়েংদনশু উত্রবা য়ামনা নক্না লাপপা! আরেপপনা খংবা—খিখ্নপ আহুম শুবা—মখেক—আহুম খেকপা—মরোন আহুম ওইবা আপানবা কুচচুনা পশোং কুমনা চৌরবা হুংশিবা মনমনা লৈরাং খমবালনা তমক্তবা —চিংঙু ইবুংঙো মহাক্তী মঙানবু খজিকংবা কংজগে হাইনা জিরি

শিথুলশিংদা খোয়ুম লাইরকতিবদা আমেংবা বাখন্তবা হংজরকলবত্তা থিপলেম্ন মাইমুংচং মচাং শকতমনু ওইনা তাকপিখিবা অচেৎপা কোলোই মগাথং আদুদি (মৈ) মচেক্কী ম—ময়েক লৌখোকলো অদুগা [ঐ] ময়েক লেমজৌগনি লৌখোকখিবা ম—ময়েক আদুদা মৈতৈ—ঐখোয়গী য়ুমথাক্ক খুদিংদ ম—ন চৎলিবা অসিনি।

লেমকৌরিবা ঐ ময়েক্তা ঐখোই মীপুম খুদিংদা খংনরিবা ঐ—হাইনা চৎনরিবা অসিনী,, পুম্নমক্কী আপুনবা ওইবিরিবা [ঐ) হাইবা ইবুংঙো মহাক্না থিংগাংবা লৈবগুমন মগাই-মরোলদা লৈরিবা [য়াই-পিলেন] য়াইপিরেম শিতপা ইবুংঙো মহাক্না লেংদনা লৈ— হাইরিবা (ঐ) আদুদি (ব্রহ্মনী) পুম্নমক্কী খোক্কম চনজিনকন (ব্রহ্ম অমসু য়াইপিরেমনী। হাইরিবা য়াইবিরেম অদুনা মৈতৈ লৈপাক অসিদা লেংতনা লৈ হাইবসি মথাগী সলোক অসিনা মতেং পিরি।

( শলোক )

ক,কার নায়োক ব্রহ্ম,, ঋকার শেষ উবাচোক
স,,কার নাসরুদ্রে সাং,, নকার ধর্ম্ম উবাচোক্
অ,,কার পালোক বিষ্ণু শ্বেতদ্বিপ্ নিবাশিন্

হাইরিবা শলোক অসিগী আর্থনা কয়ি তাকলি— মচুদি ক—ন ব্রহ্মানী হাইরি আদু ওইরবদি মালেম অমসুং পৃথিবীগী মক্কম কয়াং মক্কমদা কোমুংবু রাজধানী কৌই ঐখোই মৈতৈ লৈপাক কিদী কোমু কৌই।

ঋক্রাদা অ'মস্তদা হাইরি—আং স্তবু মৈতৈমা পাক্কম লিং: মিংথৌ কৌই। স—মা শংহারগী মশক ওইরবা মহাদেবনা হাইরী মহাদেববু মৈতৈদা লোংপোক আচিবা—মশম শংলাং তাপুমমহা কৌই।

ম—মা ধর্ম্মনা হাইনী মৈতৈ এখোইগীদি লৈপাকনে। ও:—মা সংসার পুম্নমকপু পালোম—শালোম তৌরিবা ফিংহলবিরিবা অমম্ভং ডাক শেমখিরিবা ইবুংঙো মহাক অদুদি ইরম তরেৎ মচু তরেৎম কে ইমা খৌগললি হাইরি। হাইরিবা মচু তরেৎ ইরম খোংলম তরেৎদা কোইদা খৌগললিবা (কস্না) পাংবদা লৈ—মচু তরেৎ ইরম তরেৎদা কোল্লি হাইবগীগু কোনুং কৌই।

অসিগী খুৎতম অমদা (শ্রীকৃষ্ণ হাইবা ন'ম) আসগী মনুংদা ক—দা তম্লিব আন্তগী মশক ওইরবা ঋক্রা ওসি চৌথোকখ্রবাদ কৃষ্ণ—হাইবা শক পোল্লোই ক—স্ন—হাইবা শোকগনী।

কস্না হাইবা মিংথৈ অসিদি কনুদে অহাত্তা ওইদুনা লৈগনী মহা-পাখং ওইদুনা মৈ-হাইবগীদমক ইবুংঙো মাবু পাখংবা কৌবনি। কস্না পাখংবা মহাকী মমিংতা লৈকমন্তা কোংবনি পোৎশাক্ক অমত্তনী।

অমত্তা ওইবা চিংডু ইবুংঙো মহাকী মিৎস্না থমবাল অসিদগী পুখোক্কখিবা মুমিৎ অমনুং থাদা কাবম চৎপগুম্না মী—ওইবা এখোইস্তু চৎপা মত্তমদা কারম খোংগ্না—খুৎকা অদি অসি কারম হাইবনি মিৎয়েংগু কারম য়েংবনী।

মরমদি য়েৎলংবা মিৎকী শিংলিদা ওইথংবা খোংশিদা শিংলি—থাংলি—ওইথংবা মিৎকী শিংলিদা য়েৎখংবা খোংপিত্ত: শিংলি থাংলি

মরম অসিনা কারন হাইবনী—কারন য়েংবনি। পোৎশক্তদা আচৌ-পিশক থাইবনী পোৎশক্তি অমতনি।

আসিগুমলবা ইবুংঙো মাবু থিবা-মিংবা তারবদি মীওইবা ঐখোইগী চকশাং থিগনি। নিংকত্তপঃ মকমনা থচিল অমস্তুং নিংঙোলমনী আচু-গুমলবা ইবুংঙো মাকী মঙম্না ফাওরিবা থাচগী মচিলনা তাকমবু থচিল কৌই।

হেংশত্তপা মকমদি মিৎতনি হাইবগী চিৎকা চৌবা তুদু মনিং পাঃ—কৈমা নিংথোল্লমরনী। তাইবংগী কেংনি-পাল্লিবা আচৎ-চৎকা পুক্তক অসি চকশাং আনিগী মনুংদা কোইবা লৈ হাইবা আসি অমমম জোংলোম কৌবা পূয়াদা তাকনি।

অ'দুগা ইবুংঙো মাদা ওইরকপা—ঐখোই মীওইবনা ওইরকপা-চয়েং—তু'দা ওইরকলবা আত্তম অনি চপমান্নপদী। মত্তুদি আত্নৈঙ মালেম শেমদম্বিন্ঙেদা ইবু'ঙো ম ন' লৈয়াং থম্বাল অমা ওই — চ—ম। থমমা কেমচং অমা ওইরা থোগললগা তয়ং লাইচা ইয়োমনুংতগী চপালদাংদা শাংলকপকুম্ন তাইবং চেইবা ঐখোইগু পলেম ইমাগী পিপুক নুংতগী-মাওশিকমনা থমমা খেমচং ওই ঐখোয় ঐখোইনা লৈরাং থমপাল অমা ওইনা লময়াই কাদা শাৎলকপদী।

চিংঙ্ মাগী মপোচামনা পলেম ইমাগী পুকনুংদা শাওললকপদি (কুরুমশ্যাচিংদা লাংপুম অনি লৈ— মুমিৎনা থা অনি পুই খামা লাংপুম অনি পুই থবাই মিচাক্না লাংপুম অনিপুই মথক্তেগী লাকলিবা লাংপুম নিপাল আনিপু গুপ্না ফাচিমবিরকপকা ইপল পনথৌ ইপামা লাংপুব

মমি পুই—লাংপুম তরা অতুবু শুপ্পা কাচ্চিনলগা ইমাদা শিনমৰিৰাইবদগী ঊফা কোবথে চৌজিক্লা ইপা চাইবা থংমৰ অমন্থং চৎমৰি মতুংগুমলবা ইপাগী শরুক ওইবা আচুবা মথকী পুংশা তৱা অসিনী।

ইপন পামথো ইপাবা ইমাদা শিনমৰিবদি শমপুম অসিমনা চামা থোক্লা খাইতোক্লগা শম মখিক অমা পিবিখিবনী। অদুগুমনবা শম অদুগী শমচিলদা চিংগু মাগী মথৌজান্দগী লেমলৈ ভাৱা অমগুমনা শাগুল্লবগা শমমা অদুগী শমচিমদা চিকলে, চিকমা চিকমা চৎলগা চুপপী মরি পিয়ে। পখিং লাংশং হুল্লে—কৈচৈ কাম্বদ লাকলে—কায়াৎ মাপল য়াংলে—শংকাই শংলেম - লেমলে।

পিখিবা চুপপি মরি অদুনা মীওইবা ঐপোকগী খোমথাগী মিহুমকম অনিগা কমখোংগী মিহুলকম অমি অনিগা ওইরে। মিহুমকম+মরি অসি ওইথে।

মিয়াংগী মরিশুমলবা শম মখিঅদুনা আশুম অশুম খোম শল্লক্লে—মথেক কৈপু লৈয়োং শাইদা ফুকাইবা শাংলপা কৈবাং থমপাল অমকী লৈওং লোয়ে, থমপালগী লৈয়োল সুংতা লেইচংশুম কৈফমমরে, কোংকোলকী পশুমগুম লাইচলিক্লগী মনুংশুম শাওলল, খোংলেন মাপল ফাংলে, শুমা লংলো থমবগুম—লংলাগী পুমথাং লোমলক্লে—খেংকুগুম্মা শাওল্লে—ওকলেম পাস্তম লক্লে—যোংলাগী শকতাংবু ওইরক্লে শাওল তাৱা শুরে—নমুপোংশক ওইরক্লে—পলেম ইমাগী পুকনুংদগী লময়াইকা - অমদি—ইপাল লাংতা শাংলক্লে।

মওং মতৌ আশুম হাইদা ঊগী মণকপু মাংহনবিরপ মীগীমণকপু পুখোকপিরকই হাইবগী ঊ—মাং অমম্থং ঊবা কোবথে। পলেম ঊমাগী

মথোৌদাংদা মথাগী খোংশা তম্না অমিদে পলেম পল্লৌ ক্রৌ-মালেম অমিন্দা কুপ্পা চপ্পলগা তাইবং ঐখোইবু লাংপুম লকপনে। শেমবিরকলিবশু মহাকনে হিংবিবিরিবশু মহাকনে।

(হয়ি মহাক্কী মথৌচামন্না পলেম ইমগী পাংকল চৈশোওইবিদুনা তাইবংপান অসিদা ঐখোই পুম্নমক্না লাকপনে। অদুগা-পলেম ইমানা ঐখোয়, পুম্নমক্পু মাওঙ্গুরকপদি লোইনম থাপুম তম্নাতনে—থাকিদি তরাগা নিথোইনে—থাবি তাম্নাগা নিথোইগী মরিংদি মচিপু। কালেম ঈন্না ঈডেম্, থবান লাংপল মেম্না চীমাংঙৈক পোইম্নু মাকচিং ফাইদেম লমতা হাইরিবা থাবি তরা মিখোই অসিদি হিকিমা মশক—মাইকিমা মরুদি হাইবসি থংগনি।

শচিপু—কৌপতি তাইপং ঐথোই ঐখোই অসি চিংডু মাকী মগ্না মচি কুরুম্ মাচৌদা নৈমনুমি হাইবগী শচিপু কৌপনে।

ক্লালেম কৌপদি উকা মাইখোং য়ানা পলে-পল্লৌ অমিগী থৌদাং মতুং ইনমা পরিং লাশুং হুনলে হাইবগী ক্লালেম কৌবনে।

ইঙা—কৌরদি কোংকোল ঈঙৌ অদুনা ঈঙাং ঈশক ওইরক্লে হায়বগী ইঙা কৌবনে।

ঈডেম কৌবদি—ইঙাং ঈশক ঈরাংবরবু হংলে ঈ আহু নং-শক্লে হাইবকীবু ইডেম কৌবনে।

থবান—কৌবদি থাগী মশক ওইরবা পলেম ইমাগা শমকৈ-মাইকৈ হায়বগীবু থবান কৌবনে।

লাংপল—কৌপতি থম্নাই মচা মীগা থাদা তরুক-ক লাংপুম ওইনে হাইবগী লাংপল কৌবনে।

মৈরা—কৌবদি মিংয়াঃ পোংথকনম শিংলি পাকন থক্তা উনপা তোং চিংথংলক্লে হাইবগী মেরা কৌবনে।

হীয়াংকৈ কৌবদি হীওয়া য়াংবা হিয়াইগী-কৈবু শেমবা শাবা শেম শায়গা পুকনুংদগী মপান্দা থোয়কই হাইবগী য়াংকৈ কৌবনে।

পোইন্নু—কৌবদি পুকনুংদা অময়ক হলচিল্লকলে হাইবগী পোইন্নু কৌবনে।

বাকৃচিং কৌবদি — মপুগা মমাইগা থবাইগা হকশাংগা মাকোং চিক্লা বাতানৈ হায়বগী বাকচিং কৌবনে।

ফাইরেন্ কৌবদি — পলেম ইমাগী পুকনুংদা পল্লে ফাইরে হায়বগী ফাইরেন কৌবনে।

লমতা কৌবদি — পলেম ইমাগী পুকনুংদগী মালেমগী কৈরা তানচিল্থক্লা তানে হায়বগী লমতা কৌবনে।

থাকোক =থানৈ অনিবদি ক্রৌ = মালেম্ = পলেম্ =পথৌ অনিমে

পলেম পনথৌ অনিগী মথৌদাং চিংঙুবা মাগী মথৌচানবা লোইতান থাচা তরাদা শাওন তারা থোক্লা শেমবিরকপনি আচুপ্ত-মলবা ইবুংঙো মাবু ফংনবগী পাম্‌কৈদি—

মথাগি লমচৎ তরা তারুক অসিগী মনুংদা শাহিংচা হিংচাবগী লমচৎ নিপাল অসি শমুগী মমদা চুলান থোকলগা লাইগী লমচৎ নিপাল অসি চৎলগা চিংঙু মহাকী মথৌচানবা মশা মশানা লাইওইবা য়াগনি।

হনতোকদবা লমচৎ লৌশিং লাংথাক কনবা—মনিম থুরান্‌হৈবা—উনবী পুক্লিং তকপা—নাপল ময়াইকাবা—য়েক্লা পাওনৈ চেনবা—

কম চাওমৈয়াথোকপা — পথুপলৈনেম পকপা—কমপাম ইথৌ লাংবা —হায়রিবা লমচৎ নিপাল অসিদি চৎকয়োই—শামুমদা ফুংওইনবা হুনলা মথোকনি।

চৎকদবা লমচৎ মতমগী খোংনৈ খংবা—উমপী পূক্রিং লেপপা —য়াথংবাচুম শুবা—য়াইবী থবাই ভাকপা—ভালোই হকুমআনিংবা —হকচাং কৌমচুলাংবা=শমু মহাক মকহনতবা—ভায়া চাওং চাবা— হায়রিবা লমচৎ নিপাল অসি চৎলগা (হায়) মহাকী মথৌচাদপু লাকনি।

(হায়) হায়বা মিংথৈ অসিদি ভাইবংদা মাংবা য়াত্রবা অমাং —আতা নৈত্রবা—আচাম—মীয়াই মাইতবা (হয়ি) মাগী মিংথৈনী। ভাইবং কমমা খংখি উভিনি চায়চুনা থমপালগী নৈনা লিশিংমা চেৎনা য়োমচুনা থমখ্রবা চিংচু মাগী মিংথৈনী।

ভাইবং থবায় ওইবিরিবা (হয়ি) মহাকী মিংথৈনি। (হয়ি) মহাকী মিংথৈনা ভাইবং মপাম ফাওনা—মশেক মতাম ওইনা উগদবা মতমদি ভাইবংগী আপক হায়বা অসিনা নৈত্রবা মতমআচুদা মশেক মতাল ওইনা থংগনি।

হাইরিবা মতাং আচুদি অমনা লোইবী চীংজাও কায়কলপতা থংগনি। মতম অমমা ভাইবং ওইবা ঐথোয়গী অবা—হুংভাই লোয়-নবা মতাং অমা লাকনি হায়রিবা মতম অচুদি ভাইবং ওইবা ঐথোয়গী সুংশিরবা মমা—সুংশিরবা মপা—সুংশিরবা মকপ মপিচা খিপিক্রা কোইশিননা তৌয়াংগী কক্তাওম মোলাংগী থাভাথামা অয়োগী মাবে তমবা মতাং অমা লাকনি,, মতম অচুদি লাকলিবা মীপুম থুদিং

মকপু থংবা থাংবা কোয়রোই য়েংবা য়েংবা উয়রোই চৎলৈ ফীগু পাননরোই,, তাইবং হননা য়েংলরোই,, থনগু' কিকোই লনথনবী মুয়া পাওবেম হৈবীনা পলেম নত্তনা পলেমপা পুনথৌ নত্তনা —পনথৌপা— থোইনৌ মমাননবিশাম্বুনা থেম্বা মতাং লাকনি, মিৎয়েং আনি শুন-রোই অয়াবা লমচাংগু থায়বনী পুংশিগী লমকুমপু উয়বনি পুংতাইবা লমদাং উবনা চাংতোনথক্কা তাওবনি।

মতাং অসিগী শৈশক্তি শিকুমলোম কৌবা লাইরিক্কা লূমপি লিখুল চাওনা লৈখে।

(হরি) মহাক্কী থৌচানশা আচৎপা —চত্তনা লেংলি পাক্রিম থৈপিক্না হিংচুনা লৈজরিবনী থৌগাল থোইবা চিংদু নি চিংদু ইবুংগো মহাক্কি তাইবংনা থংনি উখিনি হায়দুনা আপকপা্যংবা কুপতুনা থম্ বনি। (আপক্ন মায়েল কৌবনি পাপকী) মপৈবু হায়বনি। [পাপ-কী] মপৈ আথোৎপগি মশক ওইরবা [পাপ] খিপিক্লা লৈতরবা পুক্নিংদা কোনশেং ওইরবা মতম আতুদা (হরি) মিংলেনবু মশেক মচাম ওইনা উগনি।

(মীরাইবা - পোংলাইবা)

কনবা হাইরি—(হরি) না, আয়েশ্রনি কল্লা অমনা হাইরি (হরি) না আয়েশপমদীশু হায়রী আনি অসিগী অয়েশপা অমা থংগদবদি মী আমনা (হরি হরি) হায়রা চেনবা—মী অমম্ব (হরি হরি) হায়না মাইইন মচাতং—আসুদি বা'লেম পুংথাইমরুম তং লমচেল চেললগতভা আয়েশপা মশক লংয়নি।

আশুন হাইনা শেংবা মাত্রবা খুৎতম কয়াগা লোইনমা মৈ:তগী

পুন্না—পুন্নাম— লাইরিক মাইগু লাইশোন-তিনশোন পুন্নমক্তা আখ্রাইদবী ইহান হানবা শেমখিবা লৈপাক আহুক্ত মৈতৈ-লৈপাক লৈপাক অনিবী হাইরি। অহুগা ( জগোত সংসার ) আসিদা লৈরিবা থবাই পানবা পুন্নমকী থবাই মাইবিরেন মক্তুবা ইবুংঙো মাগী লৈফমগু মৈতৈ লৈপাক আসিবী হাইবা লংলাগী লংচিন ওইবা থমবিরমখি। মরম অসি লৈবমা মৈতৈ কংলাগী মখিংবু লাইরোন্দ কোইরেংখ শোক তোকপুং হাইবা মিংথোন লমবনী। মৈতৈ-লৈপাক অনিগী আকোইদা লৈরিব লৈপাক অমগুং (দেশ) অহুমা মকম অনিবু ফংজমবদি আহুক্তবলবা লৈপাক অহু চংওখংপদি থাক অমহুং মতোন্ম লোমদে হাইবা থাংগদি।

( শোলোক )

শোলোক অনিবা তাকলী—অহুদি মাঘ স্নানমংগল, কংজাপ্তে—শোলোক অনিদা কয়ি হাইনী।

মাঘ—থাকচিংথাদা স্নানমং—স্নান তৌরবা (মর)

মী—মহাক অহুদি (কং) লৈকুম্থবু জাপ্তে কংতি হাইরি।

কাংলা:বু জাপ্তে কংই-হাইবিরিবী মরম অনিবা কংলাঃবু লৈকুম্থবী হাইবা আসিগু অরেম্নখি। লেপলিবা মকম অসি (স্নৈ) না খোমা থিজিনবা হাইবদি ইপা—ইমা ইপু—ইবেন ইচেম—ইবেম ইচাইগু ইপোৎ—ইচৈ ইয়ম—ইথুব অসিনা চিংবা থিজিনবা মমনাক চরেৎথক নৈ-তরেৎ অনিগী অমতা ওইবা আপুনবা ইমদি। তৌই-জমবনুং লাইখোন লোমলিবা লাইগী মচামক্তদি হাইবা আর্বশিংদু রাখা মুখদা থংবমতবা চাই।

আদুগা শলোক অসিনা হাইবা আশিংগু অয়ানবদি ওইরোই—অদুঅদি য়াম্মা নঙ্গবা হাফয়দি আদুদৈ—ইমিংথোকাংবগী মগু-মূপা য়াংমানা পোকপা—মায়াংবা মথাং তৈপাক্তা থুম্তাখি ময়ম আদুনা ঐথোইগী ইপা ইপুগী থৌফমনী শাংকয়দি। হাইনা হাইয়নবগুম্বাই মাস থোইনা আকাইবা লৈক্তে।

আদুগা ময়ম অমনা আপাম্বনাবু চৈথৈনা তেথাও কৌই। আমনা উলুপুয়াদ অমস্তুং শাংহেকলিংবুগু তেলাংবা কৌই। আদুগা ত্রমহিকবু কপো কৌই। মচিমাবু থাকি কৌই।

ত্রিপুর :—আগয়তুলাগু তেথেন কৌই। টিয়েলপুনা পাথাল, উয়েমহনবা যোইয়াং লাংবা—পাংপা তৈলাও—মৈতৈ তৈগনা তাই-হানবদগী মৈতৈ কৌই। হাইদ্রিবা অসি কংপা কাংলা কাংপালোলতগু, শাকাইকময়াংনগু ঈথি।

মাস থোইনা চিংকপ তৈরন্না য়াম্না পাম্বি মখঅদি অমদগী থোদনা লৈপাক অমস্তুং লেম্ব মাপাদা খুবা শক্তাইরোই অমনা (নয়িক) ঋদ্দুদগী লমি ওইনা চিংথোক্লগা কয়িকামা চেকপা ঈবা য়াদবগুমনা মীওইবা ঐথোই আসিগু কপপমা লোকপানদি লোম্পা মাদবনা অয়মং মথম অসিদগী চৎখি হাইকদি অয়েম্পাগী। নয়িক অমস্তুং বিন্দুগী থৌকম য়িং ময়োল, লৈপাক্তানা তৈথোকদি হাইবা অসিগী থুংহমগু পুয়া লমপুগী মপুংপা য়েক্লিবা পাকল লৈপুবা শাকপা লিলাঃ মিংথৌ যালেময়ু পুরিযা পাকল অসিমগু তাকলি।

মতুদি—ইবুংঙো মহাক্কী মকোক লোবংলবু কংকোই মতৈবুনাঃ লাঃ থৌই ইবুংঙো মাপা নালেম কমস্তুং লৈপাক পূম্নমক অদি শিনবা

কনগুম্বরদা মহাদেবগী ত্রিশূলনা হুৎলবী হাইবসি ওইথোকতবা বাঁলিকম চিংঙুংহুৎ হাইবনি মালেম নৈনা ইমাগী সেকমিংনি, সেকমিং হাইবসি মাহমথোক্কি থোং মাপনগী মনুংদা থোংলেম শাকোং নৈহতবী পলেমগী হকশাংবী, মহৌশা কৌবী লাইরেমবীগী থুংলেমবী। মহাদেব হাইবগু পুরুসপু হাইবী, ত্রি, হাইবগু অহুমবু হাইবনী—মচুদি মেনে- ঈশিংমে- মুংশিংদনে আহুম অসিবু হাইবনী — অসিগুম্বলবা পোৎশক আহুম অসিম। চিন্নগা ক্ষমপী অমমুং লাবা—থোংনৈনকম ওইবনী—হাইরিবা মকম অসিদা মরুওইবা শিংলী আহুম নৈগনি।

চুর্কা হাইবগু নৈমরেমগী শেকমিংবু হাইবনি মফম আহুমি লাবা হায়রিবা পোৎশক অদুবু লাংগী মশক ওইনা থুমদবা হাইচুনা থোলা হৌরগা উনা লোইবা ইনা, নৈমলী হকশাংনি মহাদেব চুর্কা হাইবা লোন অসি সংস্কৃতি আঁসানি।

অহু ওইরবদি অসিগুম্বলবা লাবাগী-মশক ওইবা ( ত্রিগুন ) অসিগা মরি নৈনম্রিবৈ হাইবদি লুচোংত্রিবৈঙা মিপী মগাশিং অসি লাইগী মাংনদ কাইরনা ঈশিং আতুমক মংলী, ঈশিং চৎতুনা মথোই মথোইগী মপূক আমু কংথংতুনা থক নৈমমদে। মময অসিনা চিং- ঙুংহুৎ অসি মহৌশাগী থুংলেমদা আগুমক থমনি।

আহুগা ঐথোই থাইনা য়ায়া চিংনবা হাকম অমা নৈমি— মচুদি ডারিয়াম চিংদা ডা পানমদি, ডাপ্রু মচিংচেংডা ডাপ্রু মনা লানথোক লানশিম শাহমমমী হাইরিবা অসি থোরদনা শাহমমমবা য়াই মরমদি ডাইবং ঐথোইনা ইমাগী পুকমুংদগী ডাইবং ইপাক অসিদা

খোংতায়রকপা মতমদা দাওফমদা থমবা খেমচোং ওই ঐখোইনা লৈরাং থব্পাল অমা ওইনা শাংলকপকুমনা মালেম লৈপা অসিগু লৈরাং থবপাল অমা ওইনা লাইচ ইযোম্নুংদগী ইপাল লাংবা শাংলকপনী আদুম হাইনা আচুবৈ মালেম্ পূম্নমক অসি লাইচ ইযোমম্নুংদগীনি হাইবা আখংবা মগুাং লাইমিংশিংনা চাপ্রুম চিংচেং হাইনা খোংলোই মমিং খোলমগনি। আরামবদি ওইখোই আচুবৈ কোমুংংকো চকী মমাংদা খোকথিবা ওইগনি।

( লাই হারাওবগী ওননমা রাফম )

লাই-হরাওবগী সাইপো চোংবদা লক্লিবা (আসৈ) ইশৈ আসিবু থোইনা হারাওবা আলৈবমা হাইনা মাইবমা শকলিবসি অজোই থাশ লোমদা পূগদবা মতে লাই হারাওবা আসিদি মৈ, ইশিং মুংশিং আছম-গিগু ফমফম অহুম খোক্লা শামৈম আছুম খোকনা তাকলি মাইবাংশা হকশাংশাবা, অমনা চুংখোং লিংলা, অমনা আমাইবশিংনা খোইার-কৈখেল কাবা হাইরিবা অসিনা ফমফম আহুম লৈ শাইবসিগু উৎলী, মীওইবগী হকশাং শাবা অমিনা ঐখোই মীওইবা আসি করমনা ইবুংঙো মানা শেমবিরকপা আদুগু তাকলী। মী অমা ওইবনা ক্ষোগদবা মথৌ চংগদবা মচাক হিংনবা মমনগু তৗনা তাকলি মতুদি হিংনবগী মরিদা পাম য়ান্দুনা লৌ-উমগা ফৌ লোকপা য়াওদ্রী চংগদবগী মরিদা পাম য়াল্লগা লশিং থাহুনা কী শাবা শারিবা কী আমু লাইদা কৎলি মীওইবগী মথৌ পুন্সি মুংশোংনা হিংহুনা কৈনমবগী মরমদা থবাই-মী কোমবা শামন-বগী মরিদা কাংবৈ শামমবা লোং খোলবা হাইবা মতাং অসিদা আব্াইদগী আয়ুক হেমদা থাংলী মহুদি নিপী মুপা হাইআসি খোযুম থাগী খুৎশোমদী

খোইমোয় মাগী খোঁদাংদৌ, মতুদি খোমজিনবা=তাশিলবা লৌশিলবা থম্জিলবা থিজিলবা মপুম্বোইববু আমদি মবুংডো আহুবু কদাইমথৈগী থনবা আহুৈঙে ক্রৌ-বাংমা থমমবা মালেম মেমথা শায়মবা খোয়ুম মহাকমকনী হাইবা অসি লোংকোৎ শককোই—জগোই অসিনা মমোল লোন্দবা থমবাল উম্ উমংবা উম্‌নী হাইবা তাকনী।

আহুগা জকোই মাংশী মপুংদা ফজম্বিদনা থোগল লোন কাইদনা মথিক-মথা য়োন্দবা লৈমা লিংখোগী মমাংদা শাবা খোগলদোম আহুনা মৈতৈ জগোইদা লেমবনি।

আহুগা কৃষ্ণ শাস্ত্র নাকলদা য়ামদা ফজম্বা লাইথুম্মকক মাদবা অাশি য়াম্লিবা আহুগু মৈতৈগী ককশাগী মপুদগী লৌবমী মহাদি লাইমা নাকসু) ফিয়ানলিবা খৈরিকা নাবা মোন্ চেললিবা খৈবিকী পাংশল চৈশৌ শংখাবীবিবা কী: মকুম ই ( কোফুংগী মিবেন শমাই য়োলগুমবা হাইবা-কাইবোম) আসিদগী লৌবশি লাইবদি ফিয়াক অমসুং পৈবুমী, কোকো খোললিবা চুড়া আসিমা লিম চনম আমদি শাফললিদমা মজোক জোকলেমদগী লৌবমী গোপীশিংগী পোংলোইমা তোংচেং লাইমৌ থহাইমিচাকগী লৌবনী আসিশিং অশিমা মৈতৈগী মাশকী মশাগী ওইজবদি মোংমগী মপুংদা মিপাল থোক্ল খাইদোকপদগীমা দখিনবায়োম উত্রয়োম ফাওবদমী হাইবা অসি মালা ওকব অশিমা তাকলি মতুদি মী ওইবা আসি লোইনবক খোংমা চংশি আহুবু তোংজুমা খুৎমা চংলিবা মালাঃ ওনবহাইবশিগী ফোয়মুলা ওইমা পিরি। অমসুং তাকনী।

আহুগা হায়াওবদা আসিবু খোইমা হয়াওবা লৈবমা হাইম্বিবা সিদি পোকপা শিবা—হিংবা আহুম আসিবা লংলালংচিল ওইমা অকোংবা

আথুপপা—খোইবা হেন্না থুম্না আহুম খোকপা মশকনা আহুম খোঙ্গা শাম্বনবী। মতুদি থবাই য়াইকোমনুংদা য়াইখীরেননা শাম্বনবা আহুমু কৌব্রু, থাংজিং, মারজিংনা থংদে, লাইশিংনা শাম্বনবশু ঐখোই মী ওইবনা থংদে মরম আশিনা আসিবু খোইনা হয়াওবা লৈজ্ঞা লৈবনে হাইনা লৈশকনরিবনি।।

মাসিদি য়াম্না থুপলবা লাইনিং পবৈদা চংশিনলকলবা বাক্যমী খৈ=ইশিং—নুংশিংকী কমকম মতুং ইনমা অহুম খোকপা মশঙ্গা অহুম খোকনা শাম্বনবনী।। থুডম—মাতুদি লোংবগী নুমিৎতা কৌব্রু-থাংজিং মারজিংনা চিংমা খোয়ুম লাইয়াম্না য়াখোক্নুনা শারিটৈদা নুংচেং লাইক-মরু আশিদা তাইবং শিমথুংনা ভালনবা মডাম অমা কাওনকই হাইরিব মডাল আতুগী মনুংদা পুংগী খোঙ্জেল—মোইপুংগী খোঙ্জেল আসৈতেয়ান চিংচুং তারি অতোল থারাও তরেৎ শেনফাং হাইরিবা নুংশিরবা খোঙ্জেল কয়ানা ভিন্নগা তাহললী মশকতি উবা ফংদে—হাইরিবা লাইয়াম পুন্নমক আসি আতাওবগী পান্দম ওইরে। ওইরবদা আখ্‌াইদগী আহল ওইরবা কৌব্রুমকশু ইকাইরক্লে কৌব্রুনা ঐখোইশু ফনা আহল ওইজরবনি ঐমক্লা উপা ফংদ্রে হাইনা ভিললিবা লাইয়ামদা লাওরক্লে ইচাশা ইমাওশা মখোই ঐখোই আসি লাইমী হাইবদু মডাইয়ে মীরুপ্তা চংলবনি মরম অহুমা উবা ফংদ্রবনী আতুমদি ঐখোই ঐখোইগী হকশাং পোমথাং আসি থমমলগা ইথরাই আশিনা কাওরেন যণশক লৌরগা য়েংলসি হাইনা যণগী যণশক ওইবা লৌরগা লোংপোক্লা লোংচুপ্তা—মথানা—আবাংদা চৎতুনা শমজি থাইনা থিমবু উবা ফংখিদ্রে, তৌরিবা পোৎশক্তি আহুমক কাইদে লেংদনা কাইদনা অহুমমক উই।।

আশুন হাইবা লাইয়ামগী অবাবা অঙ্গবু উমবদা ঙুংজেং লাইচ ঈমরুদা পাকললি: ম্না: মিংথৌবা শাকোংবিরক্লে—শাকো'লক্লবদা কোলো মায়াথংবু পাওতাকপিরক্লে হে: খোয়ুম লাইয়াম পুম্নমক তাও ॥ মযো ১৪ মরিগী তুংনফম ওইরিবা য়াইপিরেম সিদবা লেংতবা লৈবগ আরেপ্পবা থংবমী মংগী মংগী মিংবা পুংদা লাইমিংপরৈ চেৎলো। হাইবা তাকপিরমলবগা আযুক হবনা শাথুখে।

মযোম তারাগা মরিগী তুংনকমবু ওইরিবা য়াইবিরেম মফম্বা চিংথ ইবুংঙো মহাক্না খোইয়ুম লাইয়ামগী চানমবা হাইদুনা তাওচিং হৈরাং মথম মথেল নাইবা শেমখি (হয়ি) মহাক্না লাংবমী হাইবগী হৈরাংশু কৌবমী হৈরাং পুম্নমকী মপিদি হৈপিনে মতুংদা হৈবুং হৈপোং মথং মথং শেমখি।

(হয়ি) মহাকী খুৎলেম থোরাং উবদা তাইবং পোকপী পলেমমা কলক মিহৌতিলচুম থানাংবা পোক্পা হৈরাং শেংথানা-লৈরাং-চিমথা-মবগুম শিংলেম লৈরাং মথম হৈনা শেমখি মজৌ থৌথোক আসিদগী, ইমা লৈমামা লাংডি হাইবগী লৈরাংস্থ কৌবমে থৌরম আসি লৈবমা হৈরাং চাবা উমগা তিলচুমবা থমাংবা পোক্পা থচাই হয়াওরিবা আসিমে।

তাইবং পূমা ওইরিবা ইথোম মুংদা পোমলগা ইপাল লাংদা শাৎলিবী লময়াইকাদা ওংলিবী য়েক্না পাওলৈ চেল্লিবী-আথোই মাপল কাবিবী—হাইনা হুয়া শোকলিবী মবাংগী ইনুংদা তওরিবী শিংলেম থমপাল পকহেলবী থোমলেম পাম্বী মিকপলো:,,

পামম্ নাক্তা য়ৌজিহৈ— নুংশিকাদা থুংজিহৈ শিঙেম লৈথোক লাইকযোই—লৈরাংগী লৈমল চমকযোই। লৈরাং মংগী কোলোইদি

খোংকুল মেন্নৈ কৌবনী, মেন্নৈ নৈনবা লুংচুমপাল কাম্ভাববদি নৈমুংশি, হেঃ শিংলেন থমপান শকংহেনবী মবৌশাবু কাওকনবা।

পন্নেন-পমদ্বো অশিবা পুকচেল — পাওমেল্লমগা পোমলকপা শাংলকপদি হাইবগী খোংকুল মেন্নৈ কৌবনী।

শলদোকপবা মখোইগী হাইবগী নৈস্ন'মু কৌবগী লুংচুমপাল কৌবদি তাইবং ঐখোই পুমনমক অসি লাপা কৌবা মহাকী খোংনৈকমদা চুমদা পাম্লি হাইবগী সু'চুম পালবু কৌবনী। কাম্ভাবব কৌবদি খোমলেন মঙ্গি মতমগুম চহি মশিং লাকতমদনা নৈহৌগদৌরিবা নৈস্নাং মংবু হাইবনী।

নৈমুংশি কৌবদি মংমু নৈমম চনবিনী থনবদা শিবেন চাইবী ঙৈরাং হৌবা থ্বাইগী লমদ তোললবে॥

---

# নাওথিংখোংগী বাব্রী

## মৈতৈ চৎনরকপা বারোগী লিথুন অসি নাওথিংখোংগী মা হাকক্কা লমবী অনিগী লিথুন লোবনে,

বাবোদি — মৈতৈনা লকুখমোমু থিনগৎলকপা শাখতৎলকপদগী কোনবজিবা মতৈমু পুকচং থবোচিংহি হাইহুনা চাবদে অহূবু থিরু-দবদিনা হাইরিবা বাতৈ আহুতগী হেমনা অটৈ মপাকাদা কনাপু মখুৎতানা থবা ওমেদে হংলমলবদি শোইদনা আকপা বাবম আহু দোগ্রবা চপ খাবদা থংবিনবগদবনী।

খংখিনবগীদমক মথা তানা ইজরবে— পুকনুং থবোবু চাইহনবা মখে ইমুশিনয়োম সুংগী আত্তাংবু কনবা হিদাক লাংথক করা চাহুনা মাংবা য়াবা কত্তবা থৌরমশিং অদি তৌবৈদে—হাইবা ওইরমদে মহুদি ইমুশিল য়োম সুংগী আত্তাং আহুনা মাংহনবগা মথক মথা আদিনা কাহুপদনা লৈথিবা ক্রো— অমন্নুং মাকেম অদিনা আনতা ওইনা লৈথিবা মুখিং-থা-থবাইপিচাকনচিংবা পূনমক আসিবু মাংহনবগা চপমাটৈ হাইবা পাওরোম্নী।

মরম আসিনা ঐগী ঐগী ইপুকনিংবু ঐনা য়ারকপা ভাই করি-ওম্বা মপুক্লিংবু মশানা য়ারকচবা ওমহৌজ্রগা মী মহাক্না লংজক্লবা মহৈ আহুনা কনবা পুই হাইবত্তু মথা তানা পাবিরগা খেংনবিরকনী, আদিগী লিখুল—লিখুল তামনা সুদিদাং মণ খোংহৈদে হাইবা য়াহৈ আদি আদিমক কংবিরকনী।

খোংবগী পুমিত্তা লাইরেন মাওথিংখোংগা মবাই ভিংথৌনেলবা পুকথলবগা মপু মবাই আদিনা সুংডাই-য়াইকপী য়াম্নী য়াচাই কয়াব থনম থি। মতম আহুদা পামথি মতুংদা ভিংথৌপেলবা য়াকথং থদবদা হাইরকই —ইদিংথৌ ইবুংভো তাথিয়ু ইমু-শিলয়োম সুংগী অত্তাং মবা আহুগা মাবা কৌবা মাপি অহুগা আদি আসি সুংপাক্তা ভক্ত্না হিদাক য়াইচল শেমলবদি হিদাক আহুনা থিংলুদা তামদা সুংথিলদা থবাইমিচাক উগদি—আহুগা মাকেমগী লৈয়োমনুং লাইজ ইয়োমনুংদা লৈবা পোৎত উবা থংগদি—আহুগা অমদা মাক্লেম থক্তা পালদিবা ভিংথৌ লাবাঃ মখিকু আসিন্ত ভিংথৌ মংগী মপামপোম মথা থাগদি হাইবা থজৎ-লবদা—ভিংথৌনা খুমলকই।

আহুদি চৎলে। লিক্লং-হেনজোং পুখোকউ হাইনা স্না হাধং তাকপি মতুং ইন্না হেনজোং মমদা পোয়ে ফিক্লং খুৎতা শাইনা মপুগা মনাইগা নৈরক হোমলাং চত্তুনা পোমপি চেকলা কাইজোং থিনা হাইনা হৈনশাল থ'না থাদা ঙাকপনা পামহেন উক্লমথিনা তাইহাক আবা পোৎথানা নৈথি।

আশোমদা ভগা নুপা আমগা মকৈ মনাঙগু তাইবং খোংদা হৌদুনা ঘুমলেপচান্না ভবলপদা কোয়ভামগী থাপুন অহিমথাই গুচিল লক্কুনা মপাম লাইদা হৈকৎলি-ইপু লাইদা হৈথাক্লসি হাইনা মহেম মকু খুক্লমনা লাকই লমদম শাংনা লাকপনা কলাপ চোকথরক পামপোম সিথরকলে হাইদুনা তালা উথোং থাদা চংদুনা মপু—মনাই তাইহাক পোৎথা আবা পোৎথাবিহৈদা।

ফিংথৌ মপু-মনাই আথিনা লাকপা মরম মপা চাক্লদুনা ফিংথৌবা আবাপপদা স্না ফিৎয়েং তাবক্লে আশাইহৈ ফিংথৌগী স্না শাংগাই সুংনা হাকথং থলবগা মপু মনাইনা শাংথিবা হাথি আহুবু ফিংশিংলকলে হোংড় পুকথমবা আদা কথলিবী থিপি আসি মহাক থেংপী মান্দ'রা, মমি ইফিংথৌ আহুদি লিক্লং পিয়ু হাইনা লৌরগা লিক্লং খুত্তা শাইনা টৈটেন্টোং টৈটেন্টোংদগী টেমটৈ অমা শৎলে—লিমিনা থোং ফংনা ফিংশগা কাকথিখদা থিপি আহ্‌ংমুং থিংনা পায়ে—আমদগী থৈয় কুমলে।

মপুয়োইবা আহুনা খোমহেম মংলান চান্দা তৌগদবু তাইবংদা খোকপা আহুবু তাইহাক আবা মৈচাক থাংলমলগা মনাদ হাইদা হনখ্রে,

আমদ থৈয় কুমলবী মোমুগী মুজা মোমচেলবি আহুবু ফিংথৌগী মোংবা সনা মংগাই সুংদা পুথিংলাবগা শমুগি ফিমাক থাইদুনা ইমু

শিনয়োম মুংগী আচাং মাবা আহুবু নৌথোকনগা থৌহনী মুংশাক থক্তা মাবা কৌবা মাদি অহুগা লোইমনা ভক্তুবা চিদাকী মাইচল শেমলে আনিশুবা তৌহৈদন থৌদোক আনি তৌরবদগী মালেম নৈপাক নৈমনা আবাবা-পোৎলুম আহুবু পুরকদুনা লোমগী মুমিত্তা কাওরেম মণশক লৌরবদা। মমাই থোংশোক লোবদা ওন্দুনা কংলাগী থোংচুপ থোংচাও লেপ্পা। আহিংগী তাংলোইনবা থেংনবদা মথোং থুমাং আনি খোযো-খোযো থোক্না নিকপলয়ে।

মিৎকপলবা আহুবু মিংথৌ শেমবা থাংশাবনা উরুহুম মিংথৌগী মমা মথোং থাদা হংগৎলয়ে—হে ইমিংথৌ ইবুংঙো তাবিযুও মমাই ঐনা পুম্বা নোংচুপ থোংজাওলেন আসিদা মাইঙং চুস্তাম্বী কাওরেনগী মণবি আমমা মথোং থুমাং খেরো খোরে খোৎনমিকপলয়ে হাইনা হংগৎলবদা মিংথৌগী মথাই মপনশিংগা লোয়নন কাওরেন মণবী অহুগী মমাক্তা থুংলয়ে মিংথৌ মমা মাইথোং আহুবু উরবগা কাওরেম মণগী আহুনা থুরুম্বরবগী মঙংগুম্না মথোং থুমাং আনি আহু থক্খুদক তুমবা খোমচেন থাংবা মমিৎ অনিদগী মপি চহুম চহুম তাপা কম্মগুম খোংলকলে আহুবু উবগা মিংথৌনা তাইবকই মবুবি মচাক্তা চপি তৌরিবা থৌদৌ আনিবু উবদা মিংথৌ ঐনা মহুৎ শিনলি শিনভবদা নথাক্তা কাওরেনগী মণশক্তা পোকলে—ঐনা তাইবং মীশিমপোক্তা পোকমুবে মথোম—ইবোম থংবদবনিনা মণবি মহাক লৈরমথো। ইমাইশা মথোইগু কোমুংলোমদা হবথরো—ঐদি থংদবা পুরমকপু থংলবা উদবা থুদিংবু উরবা মডাং লাইনিংসিংগী মথোং থাদা হংলুরগে হাইনা হাইরমগা কৌরু মাইকৈ পাংবা চৎথে—মডাং লাইনিংশিংগী

মখোংখাগু 'য়ৌবগা মিংথৌনা মথুং থকাং তাবা লোমবা আমেখো পাওজংথোকপা থাকথচবকনে থেং কৃষ্ণ অথোইবা মহাক্তি থংনবগু থংবা উনবগু উবা ওববগী মিংথৌ ঐবু উনপি পুক্নিং ওকপা থৌরম অবগু থোকনবে—চিনিংগী অহিং তাংলৌ নৈনা থেংনবনা য়াইচং চুতানবী কাওবেন থবথী অবনা মবাই কংনাবোন ওন্দুনা মখিং হিংলুমনী মপি চহুম চহুম তানা মখোং থুনাং থোংবা কননবে আসি পূর্বক আনিগু কৃষ্ণ মংচি থংলন্নিপনি মিংথৌ ঐতোম্বা তাকপিবকনা হাইনা থাকথ-চবকনবনা মতাং লাইমিংলিং অথোয়বনা মতাং কোলোম মপাথংগু পাওথুমখিমল্লে—থেং: মিংথৌ য়াইকনা মহাকা আহুইতো থোন্নু নুপা থোমচোলথী মহাক থেংপি আমগু থাইনা চৈনপান থানা তেল কাপ-চৈদো থম্নুং থিংনা পানংনা আমমগী থবৈ ফুমথিনা আশিবা মনা আহুগু থোংবা লংপাই মুংনা পুশিল্লবগা ইমুশিমরোম মুংগী আতাং মাবা আহুগু লৌবকপা থৌতপী পুংপাক থক্তা মাবা কৌবা আপী আহুপা তক্তুনা হিদাকী য়াইচল শেমলুবা আহু থোংখিগু মালেম নৈপাক নৈমবা আবাবা পোংলুমগু পুতমনচুনা মিংথৌ মংতোম্বা থাকথচবনে।

আহুথি কৃষ্ণ আথোইবা কাওবেন থবথী অচুবা মখোং থুনাং থোংলনবংনগী—মখোং থুনাং আসি আহু থুক থুদক কুলজিংম' ঘরম কচিগীলো মিংথৌ ঐতোম্বা লোথুপ কিবৈথেংনা তাকপিলোকবা—আহুথুদি মিংথৌ মংতোম্বা থুমনতখি।

আহুদি থে কৃষ্ণ আথোইবত ঐথোই আথাইগু লোকপিমনা

য়োকপিরিবা মালেম লৈপাক লৈমদা মচা ওইবা এরোম্বা কম্বিগী থুরুমহন্‌বিবো তাকপিয়ু।

হে! মিংথৌ য়াইফবা মবাক্তি মথোল তাম্নাপা মহিগী ফুংনকমবু ওইহনবা য়াইপিরেম সিদবা চিংথ্রু মপোক আয়েম্বা মবাকী মপাওবনী মরম আহুম্বা মপুরোইবগী মকমদা তাংলোয় ওইবি আহুমবা থুরমহনবদি থোইদা আয়ামবা আকাইবা অমবু লৈফেয়ে হে! মিংথৌ য়াইফবা।

আহুমদি হে! মুক অথোইবা মালেম লৈমগী আবাবসিবু থৌরম কন্নি চৌমগা মালেম লৈপাক লৈমগী আবাবা অপিবু কোক্লু-বা মিংথৌ ঐখা লংজরুবা আসিপিং আমিপা ইরোইদবা কোরুমবা থৌরম অথুম্বা লৈবনদি তাকপিয়ুগবা আহুমদি হে মিংথৌ মংদা আথুপপা য়াগী য়াদি-দিথুনবু হংজরকুবদি হে! মিংথৌ য়াইফবেন য়াইফবা আচেৎপা থৌরম অচুমবু পাইরকপগে উবপি পুক্নিং চেংবা তাঙো মিংলেন লৈবোং তক্কনকপী আপাম ভংতুনৈ হাইবা শিংলেন লৈবোং আমিম। খম্নবগ নুংচেং ঈবা মাংলা লাইফিং পবৈ চেৎলবদি মালেম লৈপাক লৈমগী আয়াবা পোৎ-পুমবু তোকনিংঙে হাইবা মচাং কোলোই ময়াবংবু তাকপিরবদা—পাকং তাক থোংগী ফুংইমবা মুংচেং ইথামাংলা লাইফিং পুইরচেৎপংগী থয়াই আতাংববু থংজখি॥

---

## লাইরেন নাওফোংবগী মারী

# মখোঙ মম্নি পানবা ওকনা নিংথৌ শকথংখি

লাইরেন নাওফোংবগী স্না হাকচঙকী কাননবা বারী স্না হাক্চক অসিদা মোংচুপ লোননগী মুসলমান পণ্ডিত অমা থোরকই মহাক্না নিংথৌগা য়াননা লোনতিনৈ পণ্ডিত মহাক থক্না খামলী মৈদা থাম্লবদগী থাদনা লৈপাক মপুংদা শাংফুম ফুমখি।

মোংবগী মুখিত্তা নিংথৌগী মমা পুক্লিংদা স্না শঙ্গাই শাবগী বাকম হৌদোকপদা পণ্ডিত অচুমা থুমলকই হে: নিংথৌ মহাকী মমা শঙ্গাই আসি পণ্ডিত ঐনা শারথদি পৃথিবীগী নিংথৌ থুনিংমক অসি নিংথৌ মংগী মপানথোংদা মথা থাগনি হাইনা হাইরকই আদু তারবদা লাইরেন নাওফোংবগী মমা পুক্লিং আহ পেলনদুনা মহা পণ্ডিত মহাক্না কমদবা শাখিরো হাইনা শিঙ্গখি মচুং ইমনা উয়েপ উয়ুং ওনদুনা শাথংবা য়াংলিদা উথুপ ভৌরগা উথোং মুংখৎলুবদা উথুপ অচু উঁবা কিৎ-কিৎ কাওদুনা উথুপ পুম্নমক তেৎনা শুবা শাখিত্রে—য়াদবা থোক্লং অমু উবদা পণ্ডিত—নিংথৌনা চিংবা লৈবাক মীয়াম পুম্নমক লৈপাক আবাবা ওইখ্রে।

আদু য়েরবা কাওবা পণ্ডিত আহুদি কমিত্ত অয়াবা লৈথিদে—আদু উবদা মাইবা লাংলেনদা কমলিবা আকাবা মচা মাইবাশিংগী আযপা অমপা চিবোল চিবোল বাতাদৈ মলিম কাইবদি তমখিদে।

নিংথৌগী স্না কোনুংদা থোকলিবা থৌওং আসি আরাম্না অমকপা শিদবা থুংনা তারবদা খুনলকী কাচাং মশাগী চহি তরাগা হুমদোইং

ময়োমদা ডাইরিবা আশাংবম শাটৈগদা পোকপা লাইবা কৌবা মহা মচা আনিদা খুনপকনৈকাইদা চৎতুনা হমক নিংথৌগী মপোক আনিনি লাইবা ঐবু কৌরবনি লাইবা ঐগী ইভিন্নি হাইনা করেম-করেমনা মুক্তি মুখিৎ খুদিংদা চাংলে।

চাংবা আহু তাবদা আতাবা আদন লমলশিং আহুনা আচোং আনি থত্তিক মচুনা মঙল হাপলে হাইনা খুংনিরবগা লোয়মনা নিংথৌদা। হংগৎলে-নিংথৌত্ত পুক্রিংদা আপাও-থু-ডাইবদা লোয়মনা আহুনি মাগী চহিবা কয়ামুক তবে মরাক অ'হু করি করি হৈ য়েংনি হয়ে'গী মুখি ত পুয়ত্ত্বা মাদে হাইবা লমা য়াথং তাকপিরকলে—

নিংথৌগী য়াথংবু ফংলবদা আহলশিং আহু মথবাই থাবা হৌরকলে মহুৎ মহুৎদা য়ৌরবদা মধুম থোংগান্দা চংদনা আপাংবম লাইবগী য়ুমদা থুং রে—আহলশিং আহুবু উরগা লাইবা আহু পুথা থাচুংবিদে কচিবো ইপলশিং নিংথৌনা ঐবু কায়কউ হাইবা হাইনা ইভিংতিংনা হংলকই আহলশিং আহুনা থদবনা মচিনদা তায়াম্বা তৌরগা মপুক্তনি চেথবিগত্রা হাইবা চিংশবক্লুনা লাইবদু পেৎনা য়ৌবা থেমহুনা আমুক হেন্না খিনদনবা লোইমা লাকমিনয়ে।

ইমুংগী পোয়া তাপলগা লাইবগা অহলশিংগা লোইনা লমা কোঙ্গুংয়া থুংনিনদয়ে—মরাকনা লাইবা হাইবনি চুমথবা হাইনা লমা য়াথং হংঙ্গকলে আহু তাবদা লাইবনা লাইবা হাইবা আপাংবম লাটৈগদা পোকই হাইদা অ.হু ঐহাক্তি হাইনা খুদলকলে।

আহুনি ঐগী সংগাই আনি শাবদা হৌবা আনিদা অপোইবা কয়ি লৈমরগী উয়েপ উথুলদা ঈ থোকমিথবো হাইনা হংলকলে নিংথৌগা

লাইবগা অনিগী মরক্তা পাংগল পণ্ডিত অদু অমিং কোরিমুক চাংবা থাওবা হৌরকলে ঐকুমপনা হৌবা সংগাইবু কন্নিদা শোইরিবনো মচিন মহাদা খোমজন মথলিবা মহাকনা কবি থংজনুনা হাইরিবনো হাইবা আকমবা বা'হৈ চাংবা হৌরকলে।

পণ্ডিতকী বাহৈ ভাবদা কুরুলাইপনা আদুদি ঐ হৌজিক ভোগে য়েংঙু হায়না হাইরমলগা মপুখৌ পাথংববু থুরুমকনুনা ভাওরোইলাইবী ফিথুপ আহুম খোক্লা থুপ্লগা থুবাক আহমলক খুবদা উচল পুম্নমক অদু তিক্তোকলগা ঈনা ফিং ফিং ফাওরকলে থৌরম আদু উবদা নিংথৌনা চিংনা লৈপাক মীয়াম পুম্নমক লাইবগী মমক্তা কবি খোকলগদগে হাইনা মারমবা পুম্নমক কোক্তুনা কুরু লাইববু লাইমী হাইনা মখুৎ থুংপাক পোয়োক পোয়োক থুনা মোকলক্লে।

মতুংদা হনভকী সংকাই আসিদি—কুরুলাইবা মংনা শোমনিংগী হাইনা নিংথৌনা য়াথং পিরবদা লাইবনা থুমলকই হেং নিংথৌগী স্নাসংঙ। আসিবু শেন্না ভাংবদি লাইনা ইমস্তানা শেমবদি য়ামোই ঐংোং অনিনা শেমগনি হাইনা নিংথৌনা হংগৎলে কুরু লাইবগী বা ভাবৎন। কনানা শেমগদবনো হাইনা নিংথৌদা অমুক হংলকলে আদু ভারং। আয়ামবদগী হোংবনা লোয়রিবা পুকচাওনা হাইনা কৌবা ওক্ আদু য়াওগনি হাইনা হংকৎলবদা আদুদি হোংবা কৌশম্নু হাইনা কৌরক্লে হোংবনা মখুৎ থুংফাং ভাবা লোনম্না নগাইবু কৌবিববু স্না য়াথং কবি লৈবগে হাইনা হংকৎলবদা সে-সে নিংথৌ ঐগী সংগাই হৌবা অদি মহাক্না লোইরিবা পুকচাওবা হাইবা ওক আদু য়াওগনি হাইদি ভাংক মথন কয়া লৌগদগে হাইনা হংলকলবদা—হোংবনা থুমলকই নিংথৌগীবু

ফংদ্রি লৈপাক্কীবু কাম্নগদি হায়রবদি মমাহ তাংজমমল লৌজগোই—অদুদি হৌজিকমক ভমবা মুপা ম্যাখ্নে কুমলো। ওক আদু কাকবো হায়রা লনা য়াথং পিরকলে মিংথোগী য়াগং ফংলবদা হোংবগী যুম তম্না ওক ফাবা কুমলকলে ভমবা মুপা ম্যাখ্নে আদুগী ইনিল হেক ফংবদ ওক আহুবা শাওহুবা মনিং আহুবা ওককোলগী মপুংদা ওনশিল্লগা কোয়ৌ থক্কা থোংখাক্লপগুম্বা থোংলকপদা মীয়াম পূম্নমক কোমুং তম্না কাইহুবা চেল্লকলে—লৈপাক মীয়াম আদুবা মথবাই অদু থুবাক্তা হাপ্তুনা চেল্লকপা অদু উবদা মিংথৌবা ওক আদু ফারকলমাল্লে থন্দুনা কদাইকদাই ওক আদু ফারকলবরা হায়না হংলকলে মিংথোগী য়াথং তারবদা চৎলুবা মীয়াম আহুবা থুমলকই—ইঙ্গিংথো ইবুঙো নমাই ঐখোয়না চন্নকী ওক আসিবু ফাবা হাইবা আসি স্না য়াথং আমুক তাকপিরগনু হাহনা হাইরকলবদা মিংথৌবা কয়া কয়ম তৌনা মখোইদা ওক আহুবু কিক্রুম্ববো হাইবা হাইরকলবদা চৎলুবসিং আদুদি ভমকম ৎংদনা মপা আদু চেংথৈবগুম্না মিকলকলে।

হংলকপা বাকম অদু কাওনা পাও আদু মপুং ফাবা হংগৎপা তম্বা ভমখিদ্রে আদু উরবদা লাইবেন নাওকোংবনা লাইবম্ কৌরক্লে। কুক লাইবা মংগী ওক আসিবু চংবা শিজলমগদবরা সিনা শিজিম্নগদবরা হাইনা হাইরকলমদা কুক লাইবনা থুমলকই চংবা শিজিম্নগদবদি হাইনা থুমলে— আদুদি মুপা য়াংথৈবা বাবা মেদ্রবা ওক আসিদি লাইমক য়াওববাদ মহাকী কদি মপাকল লৈরিবগে হাইনা আবাবগা লোইমনা হাইরকলবদা কুক্ক লাইবনা থুমলকই আদুদি চেং মুং তয়েংতগা লাংথৈ মপোপ তয়েংকা চংগী সাগী লাতোদ তয়েংগা পিবিয়ু ঐহাক

লাইপক য়েংলুগে হাইবা হাইরকলবদা আহুবুদি পুকৈদগী পুরো হাইনা পুরগা আয়ামবম হোংবগী মতম মাইকৈ পাংলা চৎখরে।

আশাইবৈদা চৎলুবা কাংলুপ আহুদি ওকী চৈথেং থংলকলবদিদা লাইবক য়েংলগা মচিন খুমহুনা নোকচৌই হাওবো কৈতোন অদি মদি থাংলিংদৈ কুক্ক লাইবগী মমম কংবদগী ওক আহু ভেথরকলে কুক্ক লাইবদা আপনবা নৈতুনা ওককোম তমমা চংলকলগা ওকথোং আহুগী মমাংদা আশাইগী মাবা পুরকলিদা। চংপী লাগী লাতোন তরেৎ আহু থারগা চেং মুট তরেৎ আহুগা লাংথৈ মপোপ তরেৎ আহুগা থারগা হাইরকলে সেঃ সেঃ হে পুকচাওগা মংগী শরুক তমলক-লবদি নচাক শাওরগনু নহাক ঐহাকপু পোকপদি লাইরেন মাও-ফোংবগি মাইকবা পোকপা মত্রমদা চৎলো চৎসি মকোক্নগী থোমক্রো মংগী মথো মংমা শুরো—ঐগী হৈথোবা ঐ শুরগে হাইনা হাইরমদা কংলা তম্না লাইবগী মাংথাবা চেল্লকলে।

আহু উবদা নৈপাক মীয়াম পুম্নমক আওকপা মতৌ আমা ওইদ্রে কোন্নুং য়োৌরগা লাইবগা পুকচাওবগা মিংথোগা- মাক্লুমমা পুমমা উমহুমা আহিং আহু লেপ্লে খোংতাপলগা পুকচাওবমা পাথংবগী মাংপিদা মুং-লিবা উথোংশিং আহু ময়ামা মিন্দুনা লোইমা ইন্দুরে—ইমথুবা আহু লোইরগা উথোং পুম্নমক আহু ভুরেন্দা থাদরে।

মতুংদা চিংমাং খোংনাংদগী কাপসিং লমশিং ওল্লগা সনা সংগাই অপোবা আয়ুক হৌনমমা পরিং থারক্রে আহুগী মতুংদা টু বিদৈমগী ইরেন্দা মপুথৌ পাথংবমা মচি ময়া পামমা মথৈ হা-হা তমমা হিয়াং হিরেমগুমা তাওথংলকলে। আহু উমদা নৈমা মিংথোমা চিংমা নৈপাক

মীরাব পুরবক থাকিদুহুং পোক্কুম্বা অমাবা অমা থামুক ওইরক্নে।

অমাবা থাখলগা লোয়নবা কুরু লাইবদু য়েংলগা লাইবেন থাও কোংবদা হংলকই কুরু লাইবমংদি খংলমিগনি ইবুধৌ অসি ঐকোটৈ লুপখিগনি হায়না হংলকলবদা মবুধৌ অসি ওসি ভ.মহৎমী ত্তবদা লুপখ্রপ ম হাইনা লাইবনা থুবলকই। মাচুগী মতু'দা পাংডল পণ্ডিত মাহুনা মাযক্তা চংলুবগা মশা লেংলোককে কুমবদা গক লাওনা য়েংলগা লুপখ্রে

মতুংদা মৈতৈ লৈপাক্কী চিং মমিন মাইবা থুদিংমগী উখোং লিংকাপ খাল্লুনা যোংমাইচিংমগীম্নি-মাবগাইদগী পয়া শিং আশিবা সনা সংগাই চোৎলগী লৈপাক মনা ভপনা পানখি।

মাচুঙনবা কংলা আসিদা সনা সংগাই শাজুনা ভুবি লিকলাই মহোল চোংবা অমখোং মযুংবই লেমখোং মকৈ পাকবা শাগৈ শালশাই মশক খংবা পাল্লুম' মবললাবদু কোনখিবগনি —মনাই মাংবু কোনশাবগনি ।। হরি—হয়াহে ।।

মথ দি নিংথৌরোনশিংগী মারী লাকনি।

আসিগী মথাগী চে কোংদ

নিংথৌসিং মারি নিংথৌরোল ওইনা লাক্নী ।।০।।

—মোইরবা—

